মথুমগী অচওবা শেল পুথোকপিবা : –N. Jatra Singh

মথুমগী লাই য়েকপিবা :—শ্রীসুন্দর শর্ম্মা

ছকপিবা :—শ্রীগৌরভোম্বী শর্ম্মা

কোওনবা থৌরাং তৌবিবা অমস্তুং তেংবাঙবিবা :—
S. Iboton Singh

তেংবাঙবিরকপা অতৈ খরা : –( I ) N. Mohondash Singh ( Asst. teacher Sarada J. B. School.) (ii) N. Tombi Devi (Asst. Pandit Sarada L. P. School) (iii) M. Damu Singh (iv) L. Kulajit Singh (teacher) and (v) Others Some.

কোওবা অমস্তুং ইকবা :—কাকা সিংহ

# নীংশিংজবা

মপাল নাইত্রবা মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলদা, ফুগায়না শাং-লিবী লৈরাং কয়াগী মরক্তা ঐহাকী নৌনা শেমজবী 'নীলকমল' লৈরাং সাহিত্যকারশিংগী খুত্তা লাপ্থোকচরি। লাইরিক অসি কোঙনবা হোৎনবদা তোল্লবা থবক্ মুংশিন্বিহুনা মতেং পাংবিখিবা মরুপ-মপাং অমস্থং লাই-গুরু কয়াগী পুন্সিসিমগী শিংবা তমল-রোইদবা লময় তোনশিনজরে।

সাহিত্যগী সেবা তৌজনিংবমা হাল্লুবন', হৈত হৈত ময়ামদা খুদোলজখিবা ঐহাকী 'নীলকমল' দা অশোয়বা কয়া য়েংশিনবিহুনা তাকপিয়রক্লবদি ঐহাক্লা লাইরিক অসি হৈজবগী মহৈ য়ামলে খঙ্গগনি। মরূওইনা হাথু হাথু নমথিবমা বনানগী অশোয়-অঙামগীদবক পাঠক-শিংনা তাকপীগনি আশা তৌজৈ।

অইবা—

কাকা সিংহ

(শামুঙৌ)

"নীলকমল" নোনা য়েক্লিং হল্লকপা, মোরিবা লেখকী কলমদগী শেমগৎলকপা লৈরাং চায়-নি। মণিপুরী সাহিত্য লৈ-কোন্দা নীলকমলনা পাম্মী অওনবা সমাজ অমা পুরকপা, ঐ-খোয়গী ইরক্তা, অদুবু খনকম খওয়ে, লৌখিং খোক্কে, করম্ব রা-খলদা লমজিংলগা—অওনবা সমাজ অমা পুরকদগে। থেংনরিবা সমাজগী অকনবা নোংলৈ দুঃখিৎকী মরক্তা নীলকমলগী রাখল্লি ঈকাংলবা তুরেলগী ঈচেলগুম্বনি। অনৌ অনৌরিবা পোৎশাং-নরিবা লৈরাংগুম নোরিবা, সোরোজিনীগী আদর্শ লমজিং খাগৎ-নিঙায়নি ভোয়না হংনিংই. হয়রানবা, ডাকু, হোস্টাইল—অমুনা করিগী সেরোবু কারিবনো? মাগী খম্মোয় মৌনল্লি. সরোজিনীগী মকমদা।

লেখক্না পাম্মী, জাত-বিজাত খায়রবা সমাজদা, অপুনবা অমতা ওইবগী রাখল অমা পুরকপা, অদু নৎলমত্রবদি করিগী ভাংহুংনা মৈতৈসুপী লোয়মগদগে, অমুনা সরোজিনী কংবা ওইখোক্কে।

মোরিবা লেখকী কলমগী লৈরাং চায় ওইবনা, রাহৈগী মপুঙ ফাদবা কয়ানা ঙপাবশিংগী খম্মোয় পেন্নদবা য়াই। নীলকমলগী পুক্নিংদি, মরৈবাকী অমসুং ১রুপকী ফননবগীদমক্তা মশাবু বলিদান তৌবনি। মসিনি ঐখোয়না থাগৎলিবনু।

তাং ৮ | ৯ | ১৯৬৯ ইং
নিংথৌকাবা

শ্রীওইনাম গদা সিংহ
B.com.R.kovid

# নীলকমল

## য়াকাকপা

অয়ুকনি ।

য়ুম অমগী মাঙোল মচি অমদা মখোক কারকপা কনাগুম্বা অমা টেবলদা লাইরিক ফাক্তোক্‌লুনা পারি । থরাই য়াওনা পাবা মাল্লি । ঙাইহাক পারুরবা মতুংদা মাঙোলগী অকোয়বদা "উরু" "উরু" হৌদুনা য়েংলকই । উথি—মাঙোলগী ভারি মপান্দা সূর্য্য পূজা কৎপগী ধুপকী মনমগা লোয়ননা মৈথু মরী-মরী কাবা, মনাক্তা ঈশিং থুজাই মচা অমদা ঈশিং পিক থম্না য়াওবা, লৈ থম্না লা-মচেৎ অমদা লৈবা, থোইদোকপা অতৈদি উদে । লাইরিক পারম্বা তোক্লুনা করিগুম্বা রাখল থমদা তাউখ্রে, মহাক্কী থম্মোয় অমদি থরাই । ঙাইহাক লৈরগা মনাক্তা ভারিবা কলম অমু লৌথৎলগা মানা পারিবা লাইরিক অমুগী লামায় অমদা ইংরেজী ময়েক্তা থাখা লাক্লি—S·O·R·O·J·I·N·I" । মমিৎ অমুনা চাগদবগুম্ য়েংলগা অশোয়বা মফমদা শেম্বা লাক্লি । ইথগু-থগুহৌদনা 'পৈশা পীয়ো' 'পৈশা পীয়ো' হায়দুনা অঙাং মরি মঙা মরী মরী চিংনবা হৌজনা মাগী মনাক্তা চত্ত-শিল্লকই । ইবা তোক্লে, পাবা লেপলে মখোয়দা মমায় ওন-শিন্দুনা হংলি —"করিগী পৈশানো" ? —'য়াওশংগীনি' অঙাংশিং অমু পাউথুম চপমানৈ । অমুক কমথবা তোদনা ইমুংদা চত্তখ্রে । পৈশা ভরা চৎপী অমা পুথোক্লুনা মখোয়দা পীরে । হয়াও

হরাও অঙাংশিং অহু—"হরি-হরি-বোলা" হায়রুনা লাউ লাউহনা চেনখ্রে। লাপ্পা পাখং মচা অহুনা হংলকই—"নখোয়বু কদাই-দগীনো" অরেবা ওইরে মাগী রাহুং কনামন্থু খুমলক্তে। মমায় লৈশিন্দুনা হেক কমথগে তৌরকপদা মুপীমচা মঙা-তরুক অমম্থু জুরু জুরু হেক চঙলকই। মরাম অহুদগী থোইদোক হেন্দোক্না হৈথোই শিংথোইরবী অমা অনি মাওরি। মখোয় অনি করিনো খরা ঙাংনরগা মাঙোন্দা য়েংলগা নোকমি নোকমি তৌরি। "করিনো"? পাখং অহুগী নোকনিংনা হংবা রাহুংনি। 'মাঙ-শংগী শেল থায়বা লাকপনি' য়াম্না তপ্পা দুপী মচা অমনা খুমই। অঙাং অহুগী পাউখুম অহুনা খম্নোয়দা সুংশিবা অমা কাওরে—'শে-' 'শে' হায়রগা পৈশা মঙাদং মঙোন্দা পী। ঐখোয়দি মখোয়গা তিয়দে হায়রগা হৈথোই শিংথোইবী অনি অহুনা খুনিংনা লৈমাইদা তক্লগা 'ঐখোয়গীসু পীয়ু' 'ঐখোয়গীসু পীয়ু' হায়রুনা নোকমি নোকমি, ইয়া ইয়া লেংগোয়না পৈশা নিরি। পংলি পংলি অঙাং অমা অহুনা হায়রকই "লাক-ও চৎলসি" —'চৎলোদনা'—মমিৎ থৎলি অনি অহুনা। পাখং অহুনা মখোয়গী মঙো অহুনা নোক্লিংলহুনা হংলকই— "নখোয়বু পুমপ লাকমিন্নবদাইনে"। "যে" মমিৎ লাওখোকই অঙাং অনি অহু— 'শে, পীগদবা লৈয়বদি পীরো, থেংন্ত্রে চৎলগে"—।

পাখং অহুনা মখোয় অনিগী মঙো অদু য়েংবা সুংঙাইরহুনা লক্লকই—অঙদি আবের অমুক্তা তৈগেনে।

—"চৈ ছ"—

—"অওইবনি"— "য়ারব্রা"?

—'তম্নি-সে'—'পৈশা পীদোবা পীরক্নো'।

—' য়াম্রবদি পীরোই '—

— " চৎলসি-সে "— পোৎলিকপা অসিবু ওাংনবা কায়দে অমনা হায়, অমনা অমুক খুমলকই"—হয়েং স্থল কাবদা লাকউ খঙগনি। মমায় সৈখ্রে মখোয় চৎকদবগী ভোরকলে। কাগী ভোবনি "শে" "শে" হায়রগা পৈশা অমুক পী...। —' অদুমাই ভো হায়বনি"—হায়রগা সুপী মচা অদুনা পৈশা লোই।

—"নখোয় কদাইদগীনো ? "—। হৈখোই শিংখোইবা অনি অদুনা খুমলকই— " ইচে সোরোজিনীখোয়গী অদোমদগীনি "। পাথং অদুনা ওয়া থমখি—ইশেঃ অঙাংশিং অসি সোরোহোই-রোমদগী ওইরে, ইঃ ইহেঃ অসি, অঙাং অনি-সিনি এনা সোরো ইররকপদা মখোয় থোঙ্গালদা লৈহোবা অহুনিনেহে। " নোংমা উরবা চেংদোনা শুঙ্গংখে, মাগী থম্মোয়, খোইদারুবমাগ্লে ভুজা-দো, পামজরুবমাগ্লে থরাইনা শোনখে, থম্মোয়দা তত্তনা "।

মাজোঙ্গা কমহনা লাইরিক পাবা য়ায়রোই থলহনা ইমুংগী লাইরিক ওয়াইকম কাদা চঙহনা থরাই য়াওনা লাইরিক পাখে।

বসন্তগী অনৌবা ঋতুদা মালংবনা কোয়না কোয়না নোহোনা পাউজেল্লি। পোমশাংনবী লৈরাংনা লৈশাং ভমলিবী লৈরাংদা খোইমুশিংনা লৈহি চুপ্পদো লোম্না লোম্না য়েংদুনা মোমোন মোমোন নোকচরি। তপ্পা তপ্পা ইকাই ইকাই "রাত্রা" "সুংঙাইত্রা" হুংজরি। পাউথুম পীবা ভৌদনা লৈশাং ভমলিবী লৈরাংনা মাইখোং-খাদা লৈদুনা ইকাইববু উৎচরি। নীলকমল, রঙ্গবহলগা লোয়ননা "নিরঞ্জন" মিরঞ্জন " কৌ " "কৌদুনা চঙলকই। পাথং অদুনা পাউথুম পীরক্তে। মমানা চাকশঙদগী থুম্লকই, হৌজিক্তা অদুবাইদা লৈরবগি। মখোয়না মরু খোওইনা ভাদনা পরপ পরপ

চঙশীনখিদুনা পাখং অদুগী মনাক্তা কমথরগা হংলকই—"লাইরিক পাবা লোইগদবা কয়াম য়াংলিবগে"?

—"করিগনো"—লাইরিক পাবা নত্তেদা অম্নুম কমলখনি—
—অদুদি য়েংত্তোই য়া অমা লায়গেনে হায়দুনা, কমা ভাখিবি মতাগুম শোম্বাংননা হায়রকই -"সোরোজিনী ক্লাস কাম্দুনা অতোম্বা স্কুল অমদা ভমখ্রে"। "সত্যরনে"—। "সত্যনি"— মুপা অদুগী ভাহনবীংবা পাউথুমনি। ঐহাকস্থ নঙগী মুংঙাইননবগীদমক্তা মখোয় স্কুল অদুদা মিং চন্নুরবনি।

ঐ মহাক্কী মওং থরা খঙলে শোয়দনা হায়ক্লগনি। "অদো নহান নমায় ঙাওশিন্নগনু হায়রম্বা অদুদি"। "সেমা মুপা মচা মামখিদ্রে অদুদি ইকাইদুনা ভোবনি" "অদুদি কৈদৌটৈ চংসিগে"? "হৌজিক চংসিনে নক্কি শেংলুরো"। ঙসাইমথৈ নিরঞ্জয় অমদি নীলকমলনা ঙাংনবা অদু য়ুজমহলদি কন্নিনু থোইনা ভারুবা লৈতনা physics অমা কাক্তুনা অম্নুম লৈরম্মী। মমৈথংদা য়ায়ী অদু মিক্তোলুসন ভারকলবা মতম অসিদা মহাক্কা S-O-R-O-J-I-N-I হায়না থাম্বা লমায় অমা থেংনরে মুম্না নিরঞ্জয়দা য়েংলগা হায়রকই—"মখোন থোক্তনা মরোন লোনবা, মরোন থোক্তনা মখোল থোকপা সংসারদা লৈতবা নত্তে। নত্তে, ঐদি ঙকপু ঙকই ঙসাইনা য়ায়ী অদু হৌরকপদা ঙকপনা থম থেংউরবনি। নঙনা সোয়ো খঙলমগনি অমদি অদুগুম্বা থবক ভোরমগনি হায়বদি মঙদা কাওবা মঙখিদে"। নিরঞ্জয়না খুমলুবা পূন্নমক মায়থীরনি খঙলদুনা ভাই ঙসিদি ঐখোয়দা চাক চারুসি হায়রগা মাঙ থাদুনা চাকথুম ভা-নবা লম্বী চিংদুনা চঙখ্রে। "অথেংবা অহিংদা পাল্লবা অভিয়াদা নোংথাং কুপংকপা থোইনা অঙকপা

অকিবা. চিংনবা লৈতে, শরেংদা থুদোপ য়াওরম্বা, ওম্মুদগী খোই কংবা মশীং লাকপা ওমদনা থেংনৈ, কংই"।

যৌবনগী পুন্সি অওকপনি। লৈতে, লাইরৈ থম্দুনা মখোক কারকলিবা শাবী শানৌ কনানা যৌবনগী লুরবা, ইচেন কল্লবা জুংশি ইপাক্তা ইরাক্লদবা য়াওখিবগে ?

## লমজ্ঞানবা

"পোমশাংনবী লৈরাংও. মকা কনত্রিবা শিঙেলও, লৈরাং রাথল ভোজগৌ. শিঙেল ভিল্লাং থয়োংনহৌ. কংথোকনিংবা নহাকী. লোঙনিংবা খোইমুগী,. লৈহিদো হেদা বাহে চম্দুনা কোয়ৌ মৈশা নেমপ্রবদা, লৈরাং লৈহি লোইশ্রবদা খোইমু কনা পাটয়োইকো"।

সোয়োজিনী, পিশক. ইবেমহলনচিংবা লৈশাবী থরা বীনা-খোয়গী থোঙ্গান্দা শেল মুল্লি। মখোয়গী শেল মুমবা থুমুন অসি মখল অমগী থুমুননি। অরাকপা পাথংসু থোইনা মুন্দে, অঙাংশিংনা আবের পায়জুনা লাকলবসু হৌহুনা তৌথিনি মতাঙুম চেনশিল্লি। শকথঙনবা কমাগুম্বনসু পৈশা পীগে সোয়ো, পিশক লাউনেহে হায়না লক্লরম্বসু য়াওই। মখোয়গীসিবু করি শেল থুংমুননো হায়না লক্লরম্বসু কোঙ্গাইনি। পাথং মশক থঙলিবা হায়বজুরা, থবক শুনিংদজুনা তৌরিবা শকতারা, য়াওশংগী মওং য়েংবা শারিবরা থঙদে মরী মরী অমুক হেক থোক, জ,ক জুক অমুক চঙ, অমুক রা রা নোক, অমুক চিন্দা পোদাননা ওহাক র,রী শাজুনা মশম মনা কাইমরি। পিশক্লা, সে কমানো অমা লাক্লে সোয়ো। সোয়োয়া

মমিৎনা হৃদয়কেংতং য়েংলগা— "ভগ্নরে নঙশিমা" হায়রগা মথোর অনি থোঙাল মরুমদা লৈশিনখ্রে। মমাগী বিশিং অদু শাউরবরা কপ্লিবো অমুক কাওবা কৌরমদনা মথ' পাংনা চৎথে,

মালংবগী ইপোমদা পোমশাংনবী লৈরাংনা তাইবং মিৎয়েং চঙলকনি হায়বগী মতাগুম মনালক্ত অমুক লোৎ অমুক থোইমু পাইবরা য়েংজরি। থর লৈশিন্নগা সোরেংগী কিজি মান্দুনা পিশক্না হায়রকই— "করি মশিং কৌবগে ? ক্লাস কয়ানো ?"। —"শেরা নঙশিমা মশক ফজু থঙদবা অসিংবা" —। পিশক— "অওই বরনে" ? —। সোরেং তাকনিংবদি থয়োম শ', য়েংনিংবদি লাঙ্গোই চন, য়েংনিংবনদি প্রতিমা থম্মোয়গী শেংলব ক'চিন্দা, লাৎ-চনিংবনা মুংশি মুত্তিদো থম্মোয়গী মন্দিরদা। তৌইগুম্বসুং মুপী জাংঙা পোকথিবনা, লৈরাংগা পাংথক ওইথিবনা, ইকায়বগী ঊপাক্তা তাথিবনা, চঙ্গোইবগী লাংদা থুংখবনা হায়দোক্লুরগা নোক্লরকত্রা, কোংদোলুরগা লক্লখকত্রা কিবনা মতেক থর মিমম লুরে। সোরেং নোকথি নোকমি তৌদ্রুনা ফাগি তৌবনিদা নোংমা নিংথিদি মহাক ... .... ....। অদুবু নোংমা এনা "নমাই ঙাও-শিন্নগনু" হায়রুবা অদুদগীদি অমুক হুন্না.... ... ... ....। মতেং পাংশিনবা ওইনা পিশক্না হায়রকই "মানা নঙোন্দা" রা অমত্তা হায়বিমু হায়বা অমুক অনিরক শুরে। অদুদা...............।
'অদুদা কৈদৌরব." — সোরেংনা হংলকই। "নশ নশা হায়নজো হায়প্রবনি"। মথা হ'বা মংদনা পিশক্না অমুক শমথরকই "থঙদেশে রা ঙাংবদা মুংগুমই, মমাই ঙাংগদ্রি, মীরক মীচন থীগদ্রি, রাইহে রাতা হৈগন্দে, পংতক শুদক তৌগদ্রি।

পোৎকম ফম্বী হন্নুবী অমগী মনাক্তা অঙাং থরগা লোয়-মনা নিরঞ্জয়, নিলকমল অমদি রঙ্গমহল বারী রাতাই শাত্নুনা

লৈ। রঙমহল পোৎয়োনবী অতুদা মমাই ওনশিল্লুনা পৈশা করা শুরবগে হংলি। পাউথুম ফংত্রবদা রারী ওইনা মথা শমথরকই "ইন্দোল হল্লক্তি য়াওশংসে মত্তৌ ইমান মাল্লেরবো"। "চুমই", চুমই"। তুপী অথাং "য়া" 'য়া" লাওতুনা আবের ভাঙশং ভাঙনা লৈনতুনা, পাখং লৈশাবী শঙ্খ শঙ্খ লৈরক খুল্লকা, পোংকম খুদিং কমতুনা চংশি রারী শাবনা, অচা অথক লান্নবা হায়বদো উত্রে। নল্দোনখোয়না লৈশাবিত্তৈদদি য়াওশং মমুং অসিদি চাবা তুথা, নত্তুনদি নখোয় খুর খোয়গা কোরবা চৎপদা, থাবন চোংবদা লৈবাক খোক্তুনা শিগদোই। য়াওশংগীদি হাবতুনা চমদা পা হেক পানথৎলকপদগী পূর্ণিমা য়োত্রিথা কাওবসি পাখং লৈশাবী চবুন চবুন কৌ শুমিন্নরিবা, খোইবাক চামিন্নরিবা অমুকতে ইবা লোইরি-পোৎনিদা। "ইমাইপেম্মা, ইমাইপেম্মা" য়াওশং তুমিৎ মতাদি অসি নোংমা কাংদনা থাবল চোংই। হৌজিকদি কদাই—মথাই কাওবা চৎপা য়াত্রে কাথ্রেগা চিংথ্রেগা অমুকতোইবা নাকোং শিংজা রৈরে। রঙমহল মরক থতুনা—ইন্দোলখোইদি ওন্থোরা সুংভাইজরমগনিকো, এখোয়দি কংলয়োইকো। "কংলয়োই" 'কংল-য়োই" হল্লক মপোক্পী কংলয়োই হৌজিকদি নোংমতং চোংবা কাওবদা পুজি কোন্নরে হায়বদি ফুনবা, চৈনবা মপীং য়াল্লা খোক্লে। ভয়াংমতুং এখোয় গোপালগী মচানিপা অহন করিঙ মরাল ইরৈ লৈজদবা অতু থাবল চোংবা য়েংলুবদা, মাৈন হায়তুনা নুংবা শুই হায়বরা', থাই হায়বরা মকোক কায়তুনা হল্লকই।

সোয়োা অমদি পিশক ইন্না-ইন্নবা খোঙ্গান্দনী খোরক্তুনা পোৎকমসোমদা চত্তশিল্লকই। লমনা তেনথবা ওইরবসু য়োনিংবনা ওইরবসু মখোন্ন পোৎকম মনাক য়োরক্লে। ভসাইদগী সোয়োা

নিরঞ্জয়বু য়েংনিংহনা খোয়েং খোয়োং খোত্তুনা লাকলিবনি। অমস্তুসু অহু মণাই খেৎনরিবা হায়ববু অমনা থিরকপনি অমদি ডাইরকপনি।

সোয়োং ইখঙ খঙহৌদনা মমাই হেক থাজৎলকই। অচুপা নিরঞ্জনসু খঙয়েং হেক য়েংখোকরকই, চপ মান্নবা ওহাকুং য়েংনৈ। অচম্বা মিৎয়েং নত্তে প্রেমগী মিৎয়েংনা য়েংবনি। সো'রোদগী খোরকপা প্রেমগী মঙাল্লা পাখং অচৌ থম্মোয়দা তারি অচুপা অমুক চন্না কাউবা য়ারোইদবা মিলন ওইনিংবগী মঙাল্লা সো-রোগী থম্মোয়দা হৌগৎলক্লি। মতম অসিদা কনাগুম্বনা মুংশিবগী নোংমেন চিংবা ওমলবদি মখোয় অনি অসি ডিগ্রি অমুক য়োনা মুংশিনরে হায়বা ওমগনি।

মুংশিবা হায়বা অসিবু "মুংশিরে" হায়রগা মুংশিবগী মঙুল অচু চপ হেক মাল্লব্রা? নত্তে ঐগী মুংশিবদি মুংশিগে হায়দুনা মুংশিরুবা মুংশিরোই খল্লুরগ মুংশিরকপসু চুন্না থম্মোয়দগী মতমগা চাননা ইহৌরক্কনা থরাই মঙা য়াওনা মুংশিবনি, মুংশিখিনি, মুংশিগ্রে। মিৎয়েংদগী থোরকপা মুংশিবা অদুদি মিৎয়েং অচু মাওথ্রগা মুংশিবগী চাং অচু হুন্দরকপা য়াই, মাকোংনা তারুদুনা মুংশিবা অদুদি মিৎয়েং তারুরগা মাওথিবসু য়াই, মীনা তারুক্কনা মুংশিরকপা অদুদি ইশাগী ওইরবা কান্দা মুংশিবগী মঙুল অচু ত থীবা য়াই। অচুবু রাখল পুক্নিং, থরাই, চকচাং য়াওনা মতমগা চ'নবা মুংশিরুবা অদুদি পাক হেক কাউবা য়ারোই। সোয়োং হান্না য়েংনীংলম্বা শরুক চানা হেন্না য়েংনীংলক্লে. হান্না খল্লম্বদগী চিংশিং থোক্না খল্লক্লে, মুংশিরম্বদগী হেনগৎলক্লে, পাম-লমন্থ খোইরা'লক্লে. কখেং কনীংলম্বা থম্মোয় লাস্নোক্লিংলে। রাজমহল ইংখ খঙনবা মঙংদা "লৈশাবীশা য়া চাখিসি"।

"ওকচরে"—। পিশক্লা মখা হায়দনা পোংয়োমবী অত্তদা ওনশিল্লগা "হৌবে ইবেম্মালখোয় কদোমদা চৎখি"। "তু" অসোমদা মথুৎ-থিন্দুনা পোংয়োনবী অদুনা ভাকই। পম্বা ভৌদনা মমায় লৈথোক্লুনা চৎপা হৌই। রঞ্জমহল — "মেম্মা মখোয়নী ওসি থাবল চোংগদ্রা?" —"উং"—

---

"চুংশি ঈপাক্তা"

'মূনা 'ঙে'বা শাগনবী,
লাইরনা ইনাক থুনগনবী,
অরাবা মশক উত্তবী,
সুংঙাইবা মায়থোং থাল্লিবী।

য়াওশংনি — থোইদোক হেন্দোক্লা অয়াম্বা কুমৈ ফিয়োং-দগী সুংঙাইবা হেল্লি। মথোক কায়কপা কারকপী সুরা পাখং কয়ানা হয়াওনরি, অত্তাং মচা মত্ত কয়ান্ন মথে লাংলি, অহলশিংনা মাঙগী বাবু মীংশিংনরি, লাইর-অনং ইনাক-কৈয়াকথুনবা চপ মান্মনা উরি, অরীবনা অনৌবা ওস্থোক্লি, সংসার পুমনৌ নৌথোক্লি। থাবল চোংলি। শাবী-শানৌ কয়া থুৎকা থুৎকা শম্মনা থোঙহাই থোঙদোন মাম্মরি, থুৎহাই থুৎলং মাম্মরি, রারী রাতাই শানরি, মমিং মথা হংনরি, হয়াও মীনোক তমনরি। তোইগুম্বম্নং পায়হম্মীংবা মীশক্লা পায়বিরক্লবদা, হংহনিঙবা কনামা হংবিরক্ল-বদা মপুক্লিংদা চিংনদবা ঙংনাঙদবা নত্তে! সোয়ো "ঐবু করিম্নু থমবিদবা ভাংলনে", "মীমা হংলিংঙসিদা থুমহোৎসিয়া" চিংনহুনা নীংজিং মাঙজিত্ত ইয়াত্ত লাঙনা মীনা হংবদা অমা অমিম্নু

হেক হেক খুমই অমুকম্ভু ভুমিন্না হেক লৈ। "অহাওবা, অথুম্বা উটৈহে মমুল ফারবদা কেল্লক্কবা নত্তে।" নিরঞ্জয় অমদি নীলকমল চঙখীন্দুনা মামা মামা মিওনরম্বা অপাম্বশিং অদু পারনপ্রে। "মাও-খিবা পোৎনা কংলবা, মিওজবা অদু থুংলবা অপাম্বা অদু লৈজ-রবদা মীওইবনা পেন্দ্রবস্তু থর মখেদি শুংঙাইজে।" "করি পাম্বশিল্লু নাম্মোকখিনি, খিৎতং থাদোকউ শিখিনি।" সোরো, নিরন হুন্না হুন্না য়েংনরগা মমাই শৎ-শৎ লৈথোকলৈ। "করি হংলক্কদবা, করম্না থুম্বা।" "করি হংগনি, হংলগা থুমল ক্ৰবদি।" লুকেৎ লুকেৎ তৌমরে শাবি-শানৌ অনিমক মাগী মাগী রাখন্দা চিংনবগী ঈপাক্কা। আশানা মথুৎ পারদুনা থর থর চিংখৎলি চিংনবগী ঈপাক্কগী—"নিরনবু অমুকম্ভু খোনা পীখৎলি মুপা নত্রা?" "কৈ অদু ওইরবদি" খোনাগা লায়ননা তপ্না তপ্না হংলকই—"সোরোজিনী।"

সোরো–"করি ওইবিরবনো?"

—'করিগুম্বা অমতা হংজগে"

—"চিংনবা লৈতনা তমবিয়ু কৈদৌবগে?"

নিরন—করিগুম্বা রাখল অমা ওহাক্কংদা হেক থল্লকই—ওইম-জরম্বনি ইকাইদুনা, নাওথী শারম্বনি হজোইদুনা করিনা হাঙবু হুরানবা হারবা অসিদি মীনা চুম্নতা য়েংঙকপদা মাবু কাগদবগী তৌরিবোই নিওদুনা মথস্তা পঙচিংদা চিংনজবা ওইরবোইরে।

মথা অমুক শমথরকই— "নঙবু রুমাল লোনবা হৈব্রা?" সোরো-না থনজরম্বনা শোয়ারেন, তৌথোরকপনা লৈশৌবু, নোক্লি নোক্লি তৌরগা "হৈজ্রয়ে।" "অদুদি অমত্তা লোনবিয়ুদন।"—"কৈয়ে কৈ-

দোৌবগে ?" সোয়োনা খনজরম্বদি "মহাকপু করি করি সুংশি লৈপুমকা" হায়বদো হায়রকদবোই নিঙজরম্বনি। অদুবু ... ... ....। মপুক্লিংদা খঙে, হৈতদুনা তৌবয়া, খঙদহুনা ওইবরা, ঐনা খল্লিবা অসিগা ওস্লোক্লা খেৎনখ্রেদা। "সো—য়ো—জি—নী" শোঙ্খাংননা য়াম্না তপ্না ইকাইনা কৌরগা সোয়োবু য়েংই।

—"করি ওইরবনো ?"

—"অদুবুয়ো নঙগী কনাগুম্বা ... .... ... "?—।

—"লৈজদে"—।

—"অদু ওইরবদি করিগুম্বা অমতা .... ... ...—"।

সয়ো থন্নাই য়াওনা অমুক্তং য়েংলগা মতৌ য়েংগে খন্দুনা—"অদুগুম্বা রাখল লৈজদে"—। খোটমু তোংগদবা লৈরাংনা মাপ্লংগী ইপোমদ' ঙাইহাক কয় কয় খোইগুগী মতৌ য়েংবদি খোইনা কায়দেদো। নিরঞ্জয়না ইকাইরদুনা ঙাইহাক য়মায় লৈখোক্লরগা তপ্না তপ্না হায়রকই— "কয়াম কুইবা ফাওবদি লৈবিখিয়োই-দোবগে ?—" শোয়ো নোক্লিংবা অমগা লোয়নবা কাপিগী মঙংদা নোকফেৎ তৌরদুনা—চহি অমা অনিদি ... .... ....। চুম্না মতৌ য়েংগে হায়দুনা তৌজরুশনি অদুবু মদু অওইবা ওইনা চহি অমা অনি য়ৈথবা তারব্রা ? মিপাইরক্লে থম্মোয়দা ; নোকফেৎ তৌরম্বা শকক্ষম মিকুপ্তা মাঙখ্রে, চিংনা চিংনা য়েংলক্লে। মতম অসিদা নিরঞ্জয় অমুক হন্না তপ্না তপ্না হায়রকই — "মতম অদু ফাওবদি ঐবু .... ..........। শোয়োনা মংহোৌয়োই মতাগুম "পৃন্সি চুপ্পা কাউজয়োই, অতোপ্পা আশা অমা তৌজয়োই, মিৎকম অসি হোংজয়োই, রাখল অতৈ লামজয়োই, ভাইয়োমবা ভাইবংদা তরংদা মিৎয়েং তমজয়োই।" নিরঞ্জয় অমদি সোয়োজিনী

থম্মোয়গী ওইবা য়াইহৈ কয়া কয়া কোংদোক্লদুনা সুংশি ঈপাক্তা আশাগী হিবু হোনখিরে।

থাবল চোংবা লোইরকখোরে। শাবী-শানৌ কয়া হকচাং চোকথনরক্লে, তুখোং কয়াদা হুখাং মরিক মরিক্লা অতৎপা লৈতনা চেপ্পরক্লে। অহুবু মথোক কারকপী কনাগুম্বা থরদি থোওইনা চোকথবা তোদনা সুংশা থবেৎ থবেৎ হোম্দুনা কংহৌররোই মতাগুম মমাই মমিৎ পুণ্ডাণ্ড-ণ্ডাণ্ড; হুখাং মরিক মরিক কারকাও চোংলক্লে।

থোইদোক্লা মথোক কারকপশিংদি পুকচেল চাওবা উত্তুনবু তৌরিত্রা, চয়েংস্থ অমদা য়াওগনি থম্লিত্রা', মগা শোকনি থণ্ডদে অমুক চণ্ডী, ভাইহাক য়াওই, থোরকই, হন্দোরকই, নিঙ্গাইবা লৈতে মশাদা, তৈথোক্লি হুমাং, ইচিক থেমলি মালংদা অহুবু মিৎকমদি তত্তুনা য়েংলি থোইদাবশিংদা। নীলকমলনা ভাইহাক হুমাং তৈথোক্ত্রনা কা মতম অমা চারগা থাউমৈ মৈতাম্দা লেপ্পুনা লৈ। পিশক্লা মমাংমক্তদা মতৎ মতং তোরবা থাবল অহুগী মতেক অমগী মকোক চিংদুনা থাবল চোংদুনা ভুং মাঙ লৈনা লৈনা য়েংদুনা লাকপা অহু মিৎয়েং চানরুরে। নীলকমলনা পায়জনিংবা পিশকী মথুক্তু পায়রগা, কোঙ্গমন্ত্রবা থম্মোইগী য়াইহৈ কয়া ফুমলগা মিৎস্নানা অমুক্তং য়েংলগা অতৎপা থাবল মতৎ অহু শমজিল্লুরে। কোঙদোক্তবা সুংশিবা, উৎথোক্তবা শকফম, হায়দোক্তবা অরাবা, ইথোক্তবা রারী, চৈরেং উপন্যাস, ড্রামা, নাটক, তাংথোক্তবা রা, লাইরবা মী, তোল্লবা জীব অমুক খুঙ-বিনবা, উবিনবা, য়েংবিনবা লৈত্রে সংসার তাইবং পানবা অসিদা অরাবনি অরাবা! লৈহৈত্রে সংসারদা অপঙবা, লাইরবা, নাপঙবা,

খোঙতেকপা, মিন্তাংবা, লোনখোক্সবা ; কম্নি অমুক হায়গনি ক্সনা য়াত্তনস্থ কপত্ৰবদি থাজত্ৰে, মীনা, কপ্পা হৈবতমক শীংথানৈ, পুকচেল শেংহুনা মীখোঙ মোইরবন্ন শেল পায়ত্রবদি ঐগীনি হায়বা কনা লৈতে। তরং মালং খোঙাঙনরবা, হেদো নাহে চন্দুনা, তোরাং কক্সা ওন্নবা, মখৌ মশক খঙত্রবা, য়োইবু য়োহেন তানস্বা, মঙম ইঙম শাংদনা, মিৎকুপ নাহুম শোয়ন্নবা, অহিং মিৎশেম থাঙ: লিবসে অরাবা কাওরমলোইত্রা।

লম্মোইবীঙন লৈরেংবী
হুকদবদি ইকাইজা
মীনা উথ্রোই মীংহুনা
উনালক্সা লোৎচরি,
অহিং তাংলৌ থেংলগা
মীচিক মীরাওখোল তাত্রগা
হুকপা কংত্রে খন্দুনা
হিক হিক কপচরি"।!

---

## "লৈবাকটৈল"

মীওইমা পোকপা মপোক্তি তৌমিংবা থবক্তু অকবদা খনগল্লি। হৈরাং পাম্বী অমতং থাবদা, লৈরাং চারা অমতং হুমবদা মহুগী মহৈ মনম্না হান্না আশানা থুমহৎলি।

নোংঙাল্লে। উচেক য়াম্না য়াকায়রে, শাইজিন শায়াদা "চ্রিক" "চ্রিক" হায়না শেন্দাংনা পাইবা হোৎন্নক্লে, উতোন

অমদগী মাতোন অমদা কাক্না "কাক" "কাক" খোঞ্জংলক্লে, লাংদোম অমদগী লাংদোন অমদা হরিবোংনাংনা "বেং" "বেং" শৈশকলক্লে, ঙৈনৌ, জাম পাম্বীদা তেনৌবানা "তে" "তে" লাউরক্লে, চোঙভানা অপুঙবা উনাদা "জে-জা" ২ খোঞ্জংলক্লে অমম্বা কোক্লে। শংবান্নবা অতিয়াদা নোং-ঙৌ, লৈচিন-নোংকাই থাংজ্রবা অসিদা নোংপোক থংবা চৌংদোন্দা তরং তরং ঙঙ্গানবা মচুগা লোয়মনা চুমিৎনা খর খর লৈখৎলক্লে। অরাপ্পা নোং-চুপকী চৌংয়াদা, ফজরবা মঙালগী মরক্তা, উয়োক পরেং পরেং পুথি, পাৎ, লবুক লমহাং তম্না পাইবা হৌরক্লে, শেকপী শঙ্খ শঙ্খ, সুমিদাং য়ুমলক কৈরক্তা চাক্তারুবা, মচিঙ্গাক থিরুবা, অশোংবা উমং, অপুঙবা উ রা তম্না পাইশিন্নরক্লে। লাইরবা ইনাক খুনবগী য়ুমথোং খুদিংদা অরাবা, ফুংঙাইবা বাখলগা লোয়ননা অনৌবা আশানা লমজীংদুনা থোঙ হাংদোক্লরে। য়াহৌ গুলি, মরম ওকই হায়হননীংবা মৌনৌ কনানা কোন-লিক বাইরন শেংবা লোইদুনা মচিন-মথা, মথোঙ-মথুৎ হাম্বা লোইরদুনা বা হায়দোকপা লাকপদা, মৌ য়েংবা চঙলকপদা খুম্নবা বাখল তৌবা হৌখ্রে।

রজমহলনা অয়ুক্তা মরুপ উম্নবা লাকই, পরিক্কাগী পাউ তমগে হায়দুনা থোইদোকপা ইন্দ্র জনামগী কি শেক্তে, মথুত্তা বাপা শাকৈ অমত দি পায়। কনামত্তা লৈরমদে। অহুবু কুমারীগী কিভমদা থোইদোক হেন্দোক্লা বাৎত্রবী জীবন-লতাদি য়েন্দাইদগী লৈ লৌখত্তুনা, ফুংশা য়াইরদুনা, মশম মনা তরু তরু হাৎলগা, চন্দন ভৌনা থিন্নগা পুজাগী লৈ লেংলমী। মরক মরক্তা ফজ-ফজরবা লৈ অমা অনিশু হেক হেক লৌখত্তুনা নাচোম মচা মচা হেক হেক শেমই, মথোল থোক্তনা ঈশৈ অদম্ন হেক

মতুংই। চাকুম হায়বা চিঙ্গাক, থক্লু হায়বা মহী, য়েংলুই হায়বা পোৎশক, মাংই শোয়িবা মক্ষর, শোইদা হেন্না শোক্লিংই, শোইদা হেন্না য়েংনিংই। রঙ্গমহল তুমিন তুমিন্না চঙলগা খাইদেনা ওপ্পা, মাখিদ্রি, শোকখিনি হায়বগী মতাঙম "সেট" হেক থাই। "লৈমাইদা চয়থা লেমচৈপে ওানা তিত্ত্যোক্লা কুমথয়কপদা য়েক্লবা ওইরবোট নীংচুনা লুপথরি"। জীবনলতাদি রঙ্গমহল ওইরম-গনি হায়বদি হায়া খঙদবদিমা "ইমা হায়না লাউরগা ফুক হৌগত্ত্বা য়েংই। "লেমচৈপে ওানা মমৈনা কন্থুমমু য়ুমচৈপেমবা থোইনা শাউবা তোদে"। অদুগুম্না মশক খঙলবগা হরাওবনা খুমহৎখিচুনা করি হায়গদগে হায়বা কাউথিচুনা জীবনলতানা "নপাদোনা ওাও-শিন্নরিত্র" হায়না লোইশিল্লি। অমতং হায়রক্লবদি ভয়া থুম-হোয়গে, অমিদং য়েংলক্লবদি, চাম্মা কোচি থাংহোয়গে থয়বা, হায়কম খঙদে "নকুবোক্লা করি ওাওশিন্নরবগে"? মথা তায়কই, জীবনলতনা মাগী হোনবী তোয়কলেসে ... মীনা অশোয়বা হেক খিয়দনা! নোকমি, নোকমি থোইক্লম মোমোন তোয়চুনা মথুৎনা রঙ্গমহলদা নৈ মাচোম অমনা থাই। রঙ্গ—অদুবু এনা হায়-নীংচুনা হায়ত্রা? লতা—হোয়নে! মীগী মচাদি চুংশিবা লাঙরে লাঙরে, তোকপিরো কৈদোয়বগে? রঙ্গ—মীগী মচা ওইরবসু ঐদি নওগীনি; লাঙে হায়রগা থাদোকপসু ওমলোই, তোকপসু য়ামোই। লতা—হায়ক্ক হায়রুবা খুদিংমক, ওাওউ, ওাওওর... থিবিক মায়থিয়ে কায়োই খঙলচুনা, নৈ থয়া লোৎখত্ত্বা রঙ্গগী মকোক ওয়া থারকলে। ইচাই চাইয়চুনা অচৌবা, অওাওবা, অশংবা, নাপু মচু কয়াগী নৈনা মকোক্তা মত্তনা মকম অহু ইচাই চাইরে। অদুবু লতাদি থওইদনা থিক থিক নোক্লচুনা "হয়ামবা কারে "

"হয়ানবা কারে" হায়বা রঙ্গবু লক্সবা হোয়রে।

রঙ্গ—(ইনোক নোক্সা) করি হয়ান্দুনা কারিবা?

লতা—পূজাগী লৈ মাংথোকপগী—করিগুম্বদা ঐবু মুপীনি হায়না খাদোক্তুনা চেনখ্রবগ্ন পাবুংদা ভাক্তুনা কাহনগনি।

রঙ্গ—হে-হে অদু ওইরে মীকিথি। নখুৎ তেকপগু নতুবা নমিৎ ভাঙবগু নতুবা নঙনা কাদুনা দগ্ডি তোগে হায়বদি নতুনা মীঙোন্দা ভাক্তুনা ... ... ... সেংবা, মুপী মান্দেদা।

লতা—পাক্সল শোনবীনি ঐদি। করম্বা কাক্সনি। মীগী মচাদি চাম্বা পাঙ্গল কল্লিদো, হাৎকে তুপকে ওমহইদো, ঐগী ইতিক লৈজদে।

রঙ্গ—অদুদি করিগী কাহনগদোরিবা?

লতা—(নোক্সহুনা) লোয়া লৈ মাংথোকপগী।

রঙ্গ—কারগা করি তোগদোরিবা?

লতা—পূজা তোগদোরিবা?

রঙ্গ—ঐবু।

লতা—উগ।

রঙ্গ—সেরা।

রঙ্গগী তবঙ তবঙলবা য়াহৈশিংদুদা লতা খাঙবা ওমত্রে। য়েন্দাইদগী লৈ চবুন চবুন লোখৎলগা থারকলে। রঙ্গ মনাদগী নাচোম অদু লোথোকলগা তপ্না তপ্না চঙশিন্দুনা লত'দা চিনবীরগা "কজরে কজরে শকতামক্না করি করি হেক মাল্লদনা"। "নঙদি কজরেহে"। ঐবুদি "কজদদি" "কঙরিনিহে" রঙ্গ হয়াউবনা হাকমনথি, মু'ঙাইবনা থুগহৎখি মরুপকী মচান্নি হায়বা কাউথ্রে।

য়েন্দাইদগী লৈ পরেং অমা লৌথোক্নুনা জীবনলতাগী চকশমদা হুকখ্রে। লমন তোনবদি, পামদবোই জীবনলতা থুনমক অতোপ্পা অমা য়েন্দাইদগী লৌথোক্নুনা রঙমহলদা হুকখে। "য়োৎপনা" হায়না হকপনা কোয়ে।

নোংজু মুগুশা থক্তুনা, পাগল ঘয়েং তানবা; থবক কয়া নোমলুবা, তারা মগোষ চারগা, তেয়া পোম্পাক্কা হিগদি অয়া-বু খোকইদো.... ...। অতুগা মুংশি ইপাক্কা কূম্নগা, অপাম ঈথক চৌইল্লগা, চাওকৈ মাইদনা নীংশিংহল্লগা, মিলন ওইবা গুম-দ্রবদি চানা চানা কংশিল্লি, য়েংনা য়েংনা উদেদো, তানা তানা তাইওয়ৈ, চৎলি-লেপপি অম্মানি। জুর শেম্বা তাইংংদা, ঐগা জুরা শেমদোবী, মুরা মাগা নোংমতং, অচিকপদা কম্মিয়হনা, থরাই থরাই কখোকখিয়হুনা, প্রেমগী চারা শেম্নবা, রাথল লম-য়ানমিয়হুনা, রারী মতেক অমতং শাজবগা কংলবদি স্বর্গ কাবগী মুংঙাইবগা মাইয়ে, মন্দাকিনীগী নৈরাং পরেং অমা শিববুদি, পামজবা মহাক্কী হুক্লিঙবা খুংতুনা শিজনৌংবা ঐঙোন্দা কুগো পয়েং অমা শিবমা হেয়া পাগৈজ কুবের লনগী মপু ওইববুদি, পামজবা মাগী থরাই মঙাগী মপু ওইবনা মহেল্লি। "চন্দ্রগী মঙুণদি কমলা চারগা খওলরোয়।

ওসাইমখৈ জীবনলতা অমদি রঙমহলনা তৌরিবা অহু লৈবাকলৈ (খ্বাইনা কোনবনা পিশক) না মমিৎ কূপ্তনা য়েংলি। অথাপ্পা অনকপদা কনা কনা লাকপগে, লৈবগে হায়না মপুক্লিংদা শাবী শানৌ অনিগী যৌবনগী লিলাবু কায়রগত্রা থন্দুনা কোইরৈ লৈহনা য়েংলি। মপুক্লিংদা অতৎপা লৈতমনু থনথি "ওসিদগী" ঐহাক্না ওমজবা মতেং পাংহনা শাবী শানৌ অনিবু পুন্জি লৈপুন

শেমগেকো। মতম অদু য়োৌক্তি কাওবদি মনাইবু ইতেং পাং-বিয়ুকো হে ঈশ্বর! হায়না হন্না হন্না মপুক্কিংদা ঈশ্বরবু খুরুমজখি। করিগী ওমমোই লৈবাকলৈনি, লৈবাকলৈ খ্‌াইনা খঙনরিবা? হায়য় খুৎশেম হৈবা কনামা ওলাও থাগী লৈবাকলৈবু বসন্তগী ঋতুদা শাৎহনখিবা ওঘগে? বসন্তা ঋতুগী লৈরাংনা শারবা ওলাওথাগী ঋতুদা পুক্কিং হুনবা ওঘগে? অদুবু ঐখোয়গী লৈবাকলৈদি পুক্কিং হুবমক ওমজ্রবসু মিৎয়েং মথৈদি পেশহনবা ওঘলোইদ্রা?

---

## বৈতরনী

খোঙতাক অশিথেল, মকুই দুঙোল চৌং, পাথং চাম্মা শিরগা, মুন্না চাম্মা ঙাইনা চৌং, থমুঙ কিকোয় লগোনবী, নমু মাগী খোঙলোই ওই, শুগমু দুঙখোঙ য়োৌক্রিদৈঙদা শমলাং অমনা পাদৈ ওই, শমলাং অমনা খোঙখোঙ শা, খুদাঙ পেকম তৈদুনা তরেৎ শেপ্পা তিংদুনা, লানগে থমবদা য়ায়বা বৈতরনী লানথ্রুবনে হায়দুনা; কায়রবা অশানা চিন্তাগী য়াথলদা মিলমগী য়াংমদা অদুতাপ্পা চাক্লবা থ্মোয়না তঙনা শোল্লি বৈতরনী, বৈতরনী।

তন্না মহাউ থঙলকলে, লৈরাং লৈনম চুথরে, তোয়না তোয়না লৈখোক শেংনিংলক্লে, লম্লানবা খোইমু পাইহননৌংদ্রে। নোংমন্তা উহৌদবদা সনজোংনা থনপ্রবা থাজ্রগুম, অমুক্কং থল-হোদবনা চাবা থকপা সুংঙাইদ্রে, কয়া লুথ্রবনো? করিনো? অমুক হায়গনি, থীরম্বা শক কজরক্লে, সুংশিবা হেমগৎলক্লে, অপাম্বা

মতোয়ননক্লে, টে্্রগী হেলেন. চিতোরগী পদ্মীদি অরেম্বা ওইরে, শোগ্রি থোংবা, থুম থাকপা থাক্তবা হাউজরে মাবু উরুরবদি। নিরঞ্জয় লাই য়েক্লি। মুকফুশিংনা মাগী অকোয়বদা, টেবলগী মথক্তা ময়া, ইক. কানা তুমিন ভুমিন লৈ, তুরিশিংনা মচিল লোৎশিন্দুনা মুক চুপ্লি। অপাকপা চে অমগী মথক্তা চহি অনি অহুম Arts College তম্নকপগী পরিক্ষা তৌরি। তু য় পায়-পায়থক্ত্না সোয়োগী মুত্তি য়েকলি। নোককেৎ তৌবা মুত্তিনি মেম্মা মচুগী কনেক অমা শেৎলি, ঙৌরি ঙৌরি তৌবা ফুরিৎ অমা লিৎলি বিজেস্তিমালাগী মতেক অমা মকোক হাৎকেৎ থুমগা নাক-য়েৎকী লেংজুমদা থাদরি, চিঞ্চাপদা লিসাতিপ তৈহল্লি ১মুং অরোয়বদা ইংরেজী থারি ময়েক শেংনা Capital Letter "SO-ROJINI"। ইশে। পিশূম হাপহৌদ্রে হায়দুনা পিশূম হাপকে তৌরকপদা তুয়ি মাচিন্দগী মুক তারক্ত্না মমিৎ নাম্মা থুমখ্রে। মুংঙায়না আশা চাউনা য়েক্লকপা মুত্তি পিরাং তৈনা লোয়শিল্লু তমথ্রবোয়। হন্না হন্না রেজেরে পুক্লিংদা অপেনব ওইদরে, শেগাইরগে হায়না লেপখ্রে। তৌকুম্বমুং মপুক্লিংদদি মাগী মুত্তিনিকো হায়বা অমদি তত্তনা নীংশিংলি। তাঞ্জা অসিদা "নিরন" "নিরন" হায়না মপান্দগী কোরকপা তাথি। মপা ওইরবে ই নীংদুনা শেগায়রে' তপ্পা তপ্পা মুত্তিদো। সোয়ো চেদা য়েকথিবা মুত্তিনা কৌরি নংহাকপু "জেরে" "জেরে" হায়না থুম্বদ্রবা অদুদা শাউরমলে "শুরু" "শুরু" হায়রমলগা থোঙমাউগী রাংমঃ লান্না চৎখ্রে। হে মীওইবা অঙকপনি; কত্রবমু কৈ হায়হল্লনীংই, মীচৈ থৌরবম্ব, লমচৎ ব্যাবহার কৈ হায়বদি পামই, লাইরিক ময়েক খঙত্রবমু বাবুদি শানিংই। নিরঞ্জয় মপানা লাইরিক পাগে

হায়খি, কনাগী কোটো য়েক্লিবনো হংলকনি খন্নুনা মকোক মথৈ ওয়া হেক লাইখিক অমা কাকতোক্না পাশিন্নে। "Hal'ow"! অশোয়গী পাউ করি করি তাম্ব" হায়রগা নীলকমলনা চৌক্রিগী পান্থো দা কমথরকই। শিবন—কনা কুইরে এবা চত্তবা। "করিগী" ইকক ওক্না নীলকমলনা হংই। শিবন মথরাক্ত হুংগাইত্তনা মমায় লৈথোক্লগা খুয়কই মরুপ। মোংমা এবা মখোয় স্কুল থারকপদা তারুহনা লাকশিনৈ অচুদা মখোয় অহম মখিনা এরোন্দা য়েঙ-লদুনা তারণদু মতাঙুখ সোরোদা ওনশিন্দুনা ক্লাস কয়ানো? B.A. M.A. বা বাই চ ইরে ইকায়খিগল্লি, শকতাশিনা. করিনো অমুকতে হবা লোইরে, মখুংও-মশাও নোকপও খেবও লম্বী অদু ইফুল ফুম্না। এসু তোকম খঙজদুনা এখোয়নিনা পুরকপা বামাগী খাউদো কোক পীশিল্লুরে ... ... .... ...। নীলকমল তানিংবনা হাকমনখিন্দুনা মথা তায়রকত্রিবৈগা হংজিল্লকই "লো-হোত্রবা?"—".ল হোত্রে"?—"করিগী"—। মতম অদুদা মহাক্কী মমাম্নবশিং অদুনা পওচাং তাংশিল্লকপা অদু খঙবা ওমত্রদুনা মমায় থৈরত্নমা পরপ পরপ শাওরংননা চৎলি। এসু অমুক হয়া হায়রগ পাঙ্খোকল্লুরে। মাদি থিঙেলদা তাইনবা ওমজগা নাশিখোদা ত হইনৈ হায়বগুম এঙোল্দা মিৎচিনা হায়ফেৎতং য়েংলগা— "এদি অচুগুম্বা আশা লৈজত্রে, কনাগী খাউনো? মীগী মপোৎ পুজবা এগী ইভিক লৈকদে হায়দোক্লে।" এসু মতাং অদুদা বাথল অমা তোরকই। ইবেমপোকী ব্রী অদু খংনিং নীংশিংলকই "ইগুণা! হৌজিক্কি মুপা অমদা মুপী তরেং তরেং থুংলবনি অদুগীসু মথক্তা নপচোবী অমযম লেমলপোৎনি কায়দে মুপী কোয়দো শরুকপুদি শম্থি শাবা য়াওরলাউ, পবেৎ,

তপ্তা, হিংচাবগী য়ারী শীবিগে হায়রবদো"। অহোইনত্তম ইকায়বা কোকখিত্তনা, পোঙনা ঐস্থ — "সোবো নবুক্তা কত্তবদি থনগস্থ ঐহাক করিগুম্বা পোংং অমত্তা থাউ অসিদা হাপচিনদে" হায়রগা ঐস্থ অত্তম লাক্লে। মথা তারমক্লে।

নীলকমল— 'অত্তুদি নত্তস্থ হাকমল্লিদনা" "চিগোংনৈলদস্থ তিংখং পাম্লি, থরো থম্বাপস্থ চঠ্রায়দা শাংদি" কনানা থঙগম্বি নপুক্লং থোঙনা য়েবা ওইরম্লবদি—। 'অশেংবা মাল্লি তায়! অত্তুদা নত্তুনা ঐনা নোংমা বীনাগী থাউ অত্তু খিনবা চংপদা বীনানা হায়রকই,— "ইচে সোরোনা নশকক'ও থঙদে হায়না"। নীলকমল—বীনাদি অঙাংনি। মিরম্লা মথা তারকই,—তায়! নীংথনা তম্বীরবদি গাথা মচাস্থ নোংশাগুম শিংলকই। ঐ মুম্না থঙই। বীনা অঙাং ওইরবস্থ ভাব য়াম্না তারবনি। নীলকমল— করে! করে! নশানবু য়ারবদি অশেংবা পাউ অমা তম্বীগে। শে তারো! সোরো চল্লক্লে, মাঙখিত্রা, চেমখিবরা হায়বদি থঙদে। পাউ হায়দোকপদি কনা অমতা লাক্লে হায়রনৈ। ঐদি মত্তোন্দ চেনখিবা ওইরবোই নীংত্থনা শামু রায়শিরা, Deluxe রায়রগা কোয়না চংলগা গোংশিরা, বরদি কোয়েং লোইমমক য়েংশি, চাবা থকপা—কবোক হৈবোকীদি Canteen অমা হেক্তা শাশি, য়ারবদি নখোয়গী Honey Moon দা ঐহাক য়াওজগে হায়শিরা থল্লম্বনি। অত্তুগা...শে! ঙাঙবা তম্লে হায়রত্থনা থবর অমা লানশিন্নকলে। মিরঙ্গয়না তশেং তশেংনা উরে "মুপী অমা মাঙল্রে" হায়না থবরগী পাক্লবা লামায়দা থাগিদো। মথং-মথং পাথরকখি অমস্তুং অরোইবদা থেংনখি রিপোটর। তুংগিত্তুগী তুমিদাংনি। পাক চাউরবা শংবানরবা অভিয়াদগী অহিং তাইবং

জীব থিবিক্কা, মিৎকমুদগী ত মথুবা মকমদগী থাজগী মায়থোং-না লেপ্তুনা য়েংলি, নোংথি নোংমংবা লৈতে। থবাম্মিচাক পরেং-পরেংবা তুমিন-তুমিন তনিক তনিক তথক তথক অতিরাগী অকোয়বদা ঙানথোইরি, অরাপ্পা চৌংগী চৌংদোন্দা, পুথি, পাৎ তুরেলগী তেংথা বাওইগী কায়না মৈথুবা কুপলি, উ-রা কয়ানা তুমিন তুমিন চপ চপ লেপলি, কৌকেং হায়রোনা "তিক তিক" "জে" "জে" "গে" "গে" হায়না তেংথারি, তন্দব্না মুশি মুশি থঙতাল—থঙতাল কোয়পাই পাইরি, থুমংগী লম্বী, অচৌবা াহেরগী ষ্ট্রীট থাজগী মঙালনা য়ৈবদা লিক্লাং পরেংশুম নৌংথিরি। লম্বী মপান্দা থারিবা উ, থুমংগী অকোয়বদা হৌরিবা রা, অরাংবা চৌংগী মরুমদা থাজনা কেকু লোৎপী শাররি, অহাংবা লোবুক্তা অশংবা কৌমাদা কোওইবীনা তেংথাবগী পিরাং মরিক মরিক শিন্থরি, থাবৈল্লে, জাতিকুপী অহিংগী লৈরাং কয়াদা থোটমুশিংনা তোংবা উয়গা থাজনা ইয়াইদা কুমথক্লনা থরো থম্বালবু কাইহোরি।

থম্মোয় কাময়বগী ফিভমদা, নীংঙমদবা মৈনা চাক্লবগী মওংদা নিরপ্পয়না হৌথিবা পুজিগী জীবন চরিত কাকৎলি। হজ্জিন হজ্জিন থম্লকই—সোরো মাঙথ্রবা! চেনথিবা ওইরমগনিদা। ঐনা ভাথিবদাই, নোংমত্থ উথিবদাই, নথোয় স্কুলদা তম্মিরবা, লৈরোং য়েকপা ... ... .... ... ঙাইহাক্তুং তুথিন্না লৈরুরগা মথোল থোক্না হায়দোরক্লে মঙোন্দা চেল্লথপনি। অসি ওইরেকো মুপী হায়বা অসে। থাজনিংঙাই করিমতা লৈতেদা। সোরোনা ঐবু থাদোক্লম্লবা অহুননিকো মানা ঐবু .... ... ... ....। অদুবু মাপা পেহো পেহো নীংঙমদনা য়েংহোবা অহুদি মুংশিবগী মওং নত্রনে? করিগী ওইরোই! ঐনা পরিক্লা ঙমদে তাবদা মহাক্না

কয়াম ফুংঙাইখিবা, ফুংগি থুদোল ওইনা কৎখিবা ভাই মাগী ... ... ... .... । মতুংদু ঙসিদি অরেম্বদা তাররোই মুৎত্রি ভশেং ভশেংনা মাগী রুমালদা থারকপা "ঐবু কাউবীগনু"। কাউ-রোই ঐনা মাবুদি অহুগা মা-ন-দি .... .... .... ... । রাখল মরাম অসি থল্লরবা মতুংদা নিরজ্জরনা ফুংশাম্বর শাংনা হোল্লদুনা মথুৎনা পায়রিবা রুমাল অহু অমুক্তং য়েংলগা সোরো মাঙথ্রবা হায়রগা মথুৎনা লাইবক্তগী নাকথৎখিদুনা মকোক্তা শুরু শুরু নৈহনা নৈশে ।

চাবা ফংত্রগা অঙ্গুর শীঙ্গি হায়বা, লৌবা ফংত্রগা তুপী মশক খী, থৎলি,ওক্তবীনি, লমহেনবীনি ঙাঙনবা, চৈংত্রগা থবক কাম্নদবনি খোয়বা, খোইনা লানদে করিনা হায়ববু পুক্রিংগী অপাম্বা অদুদি থুংম্রবনিমা ফংত্রে, হায়রগা মীওইবশিংদি থরা নেমথজে । ভশেংব-মক মীওইবশিংদি ফুংশিনৈ, কোয়নৈ, চানৈ, হায়বগী থাক অসি খিত্তং চৎথরকপদা মদুগী শরুক চাম্বা য়েমা হায়জিন্দুনা ইমায়বা মরুপ মপাংশিংদা ভমশিল্লি । অশেংবমকসু মোইরাং খোইবীনা তৌখিবা অথদি উৎখিবা মঙংদি খিত্তনি হায়বা য়াই । অদুগা মদুগী শরুক লিশিং অমা হায়জিন্দুনা, চাম্বা শেমদোক্তুনা কজবা মঙংদা ভাবদা ফুংঙাইনবা অশেবা কনানা শক্তোক্রকপনি । থাক্তৈ-শেংবমক য়ামী, লাইরিক্তা মোইরাং খোইগীনা তৌরিবা কীভম অহু হেক চৎথরমলবদি থঘনা অমুক কৈ হাংপা, শাম্ন খোঙয়েংপা কাও ফাবা খোইনা তৌবিংঙাই নৈতে । অদুমক ওইদুনসু Answer paper দা Q. No. ফাওবা থাদনা থনমলবা, মথাংবা কেন ওইরগনি থঙলবসু, পরিক্ষা হায়দোকপদা কেন ওইরে হায়রবদা য়াদবা নত্তেদো ।

নিরঞ্জয়না সোয়োজিনীবু পুমকাণ্ড কাউরগে হায়বদি কৈদৌঙৈদম্ব থনখিদে। সোয়োনম্ব নিরঞ্জয়বু থাদোক্লগে হায়দুনা মীকুপ অমতং কাওবদি থনখিদে। চুয়া মমাম্নবাশিংনা ঙাঙলকপা অদুদা টকাই-দুনা হায়খিবনি। অদুবু করিগুম্বা কান্দা অমুক্তং চেনশিন্দুনা মুংশিবগী চাং হেনগৎনা কোংদোকে থন্দুনা লৈখিবনি। থংনদনা মুংশিনবা অদুদি লময়োদবনি, থৎনরগা মুংশিবা কায়নরবদি য়েকনবনি।

মুংশি তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা,
প্রেমগী মুংশি মুর্ত্তিবু,
চিন্তাগী মৈনা য়ায়রবদা,
কৌরি তত্তনা নহাকপু,
শোল্লি তোয়না মহাক্লা।

---

## দুখেন

ইনাক কৈরাক থুনবা, অচা-অৎক য়াক্তবা, মৈহে-মশিং হৈবা, মশক মতৌ ফজবা, শাগৈ জাৎ ফবা, চমচৎ ব্যবহার ফজবা মরম ওকপা, হায়বা ইনগদবা পাখংশিংনা মচা-মগু কোয়বদা মপা-মমা, মবুং মৌপ্‌াশিংনা য়ায়োবা, মুংশিদবা থোইনা তোদে। নিরঞ্জয়গা সোয়োগা মুংশিনৈ, চাৈ, য়ানৈ হায়বা অসি মমা মপাশিংনা য়ায়া কুপ্পা থঙই। সোয়োনা থবাই ভানা লোনখিবা মোনথুম, রুমাল, চেৎনা থমজবা ফোটো অয়াম্বা মতমদা নিরঞ্জয়গী মথুক্তগী কংই। ময়ায়া থমৈ সোয়োজিনী নিরঞ্জয়দা চেপ্পমগনি।

অচুবু ওয়রে। পাথক ! সোরোজিনী অমদি নিরগুন ইমুং-মুংশিনদবা নত্তে। ডাঙবা হৈত্রগা মপা চৈবা শকই চায়বা অছনি। মখোয় অনিমক মতাং চারবদা অমুক ত্তেনশিন্নগে হায়তুনা থম্মোয়দা লাইজা লিক্লাবু নোঙ্গোবী কোবী চেক্লানা ঙাইবগুম ঙাইমরিবনি। ভৌইগুম্বগুং অচুগুম্বা থুদোঙ চাবা অস্ত ইকং ফংনদতুনা লৈবনি। হৌজিক কালগী চংনবী "অহিং উনবী" হায়বা অচুমক তোয়না ভৌত্রবন্ম পাথং লৈশাবী ওইবগী. মুংশিনবা অমগী হোনবী থরা মথৈদি ভোনবা জাৎনি। তবা-তবারবা, তনৌ তশৌরবা, সোরোগী থুৎশাশিংবু চেজেৎ পায়শিল্লগা থংচিং চিংশিন্দুনা ... .... .... । নোংমা ফাদোকস্থ মুত্তাইমিন্নদবা নত্তে। মুংশি রারী শারিবৈ, হরাও মীনোক তন্নরিবৈ, ইকায় হজোয় ওইনরিবৈ, অথেঙবা অহিংদা অচিকপা মকমদা মরক-মরক্তা থেংনৈ। অচুবু মমা চান্দনিনা অপনবা পীরোই থনবরা. উন-উন উদা শা, তানা তানা তাদা শা, থঙনা থঙন থঙদশা অচুম পঙলৈ লৈথোকখি।

মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা। সোরো চেনখিবা নত্ত্রে, মাঙখিবা ওইরমদে। পুলিস কর্ম্মচারিশিংগী মতেং লৌতুনা অথাম্না-অমকপদা অচৌ অচৌবা সহরদা, মকম কয়াদা সোরোজিনীবু থিবা লাক্লরে। কংবা কোবদি লৈত্রে। উদনা পঙচৎতা চৎখি কনা অমতনা তানবা ঙমদে মতম। কুমজা থরা লানথরে, চহি থরা হোথরে, কাঙবগী মমি শামলকলে, নীংবগী আশা মুৎলক্লে। ভৌইগুম্বস্থং মুংশিবা অচুদি কোঙদোক্লমা লৈরি। পিশক্লা পরিক্ষা লোইরে হায়তুনা মমাযবশিংগা কোয়কুয়বা মতুংদা ময়ুমলোমদা তপ্না তপ্না মমায় লুকথরন্তুনা সাইকল থোরকই। পুক্লিংদা কনা-গুম্বা অমবু পরিক্ষা লোইরে। সেনেমা য়েংলুসি হায়না ভজনা

হৌরি। অমুকসু মথন্তগী রাখলনা পাউখুম পীজৈ, মীশি মচাদি লাইরিক কবনিনা সেনেমা য়েংবা শংলোইদা। অম্বম্বা মশা মথন্তনা রাখলনা রারী শারুরবা মতুংদা পিশক্না মমিৎ লৈন-লৈবা তুং-মাঙ, নাক-য়েৎ য়েংবা হৌরকই। কনা উত্রবদা মখুৎনা কলম অঙু পায়রগা ময়াদা "কক্" "কক্" খিন্দুনা শামবা হৌরক্লে। নীলকমলসু করিগুম্বা থবক অমা চৎলুবদগী tution time দি য়াম্না হেনখ্রে, য়ুমদা অতাং tution নংলরোই হায়জুনা কমা-লক্ষ্মী অদোমদা সাইকল থৌরকই। মমপি-মমলিগী মতমগা ওইরে, মমিৎনগা তশেংনা কত্রবনিনা মমাঙদা লাপতক্না চৎপা মীদি উবদা কনা য়ারে। মমাঙদা তারিবা থোংনাংগী মমি অঙবু মী ওইরবোই হায়না খৈদোরকপদা, পিশক্না ময়ুম য়ৌরে হায়জনা মতুংদা লাকপা মী য়েংদনা সাইকল মমায় অঙ থঙহৌদনা লৈশিন্নকই। গাড়ী থেংজিন্নরে। "নরকী লক্ষ্মীদগী পুন্যগী লক্ষ্মী তারে শাবি-শানৌ অনিমক। হৌজিক্তা ইহাও হাওনা লৈরম্বা শংবানরবা অতিয়া অমুবা নোংমা কুপখ্রে, নোংজু থা নঙনা নোং হৌরক্লে, জুগি কুপখ্রে ইমম মমশিনখ্রে। তোর্ব্বান্দা তেলঙ্গা পাইবী শানরম্বা অঙাংশিং ময়ুম-ময়ুমদা "ও"। "ও"। লাউজুনা চেনশিন্নখ্রে, থাদোক্লম্বা ষণ শঙ্গু শঙ্গু পুনশিনখ্রে, রাতোন-উতোন-শিংনা করি থোক্লগদগে হায়না তুমিন তুমিন য়েংজুনা লৈখ্রে। কোঙদোকপদি ঙমদ্রবা, মতম কুইনদি নীংজরবা, হায়দোকপদি য়ায়রবা, থম্মোয়দদি ফাওরিবা, য়েকখোকপদি ঙমদ্রবা, তুরি পায়বা হৈতজুনা, অঙবু ঙমলয়োইদ্রা ঙসিসু। মীকুপ থরদি মখোয় অনিমক অশোক-অপন, অনা-অয়েক, ভেক-খোৎপা হংনদনা তুমিন তুমিন লোননা লোননা য়েংনজুনা লৈখ্রে। ঈশ্বরনা কোঙদোক্লবা ঙমদ্রমান্নে

হায়দুনা থোজাল পীরক্লে। মুংশিং শিংলক্লে, নোংথাঙ ফুপলক্লে, মাতোম-উতোমা "হুঙ" "হুঙ" লাউরক্লে, নোংবা "ঝা" "ঝা" নোক-লক্লে। নোং মরিক-মরিক শাবী— শানৌ অমিগী মশাদা থাবা হৌরক্লে। চৈথেং কংলবনিবা মখোল খরা খরা থোরক্লে। "লৈতববুদি ভঙাই ফদবনা কপ্প চায়বদুনি"। নীলকমল মিৎচিনা হাংকেঙং য়েংলগা শেংঙাংনবা হংলকই.—"করি কম্নি-.শাকপগে"? মখোল ভনিক ভনিক্না খুমলকই, "করিসু শোক্কেদা"। "থোইমু করি থোইনো ঙংবসু হৈত্তা, তোংবসু ঙংদ'—লৈরাং করি লৈনো শাৎসু শাত্তা, পোমসু পোমদা"।

ভাপ্প অদুদা সোরোজিনীগী মমা চান্দমীনা পিশকপু লৈবাকলৈ লৈবাকলৈ নোং চোৎলবা কাওবা পেন্দ্রিবরা হায়দুনা খুৎ থত্তুনা য়াক্লা য়াক্লা কৌরক্লে অমসুং মুমিৎ অদুদগী পিশকপু য়েক্ক-বদোনা থনক্রে। লোম্নবী মুপীনা মচা পোক্তবদি মপুরোইবগী সেবা তৌগে হায়বা অসি অয়াম্বনা থম্মদে। সোরোজিনীগী মমাগা পিশকী মমাগা লোম্নবীমি। অনিমক মচা মুপী অমমমতা পোকই। সোরোজিনী লৈরিবৈদদি মচাশিংগী মতৌ য়েংদুনা থৎনরবসু হেক হেক ভাইশিরৈ। অদুবু হৌজিক্কি সোরোগী মগাদি মচা লৈত্রবনিনা কত্রবা রাখল থন্দুনা থৎনবা হৌদুনতা লৈরে। অশংবা মুতমদা মীয়ক-শায়ক য়েংদুনা মপামদা পোৎ, চৈ লল-থুম থৈবা হৌরক্লে, মুমিৎ চুপ্পগী অকায়বা খিদুনা "মচা পুত্তুনা" চৎপীব্রো হায়না ভামবা হৌরক্লে। ইমুং-মসুং কত্তুনা য়ুমলোম্নবগী মচা-মত্ত কোয়জবা কাওবদা লৈকাই নহারোল নেক্তুনা মুংনা থাহনবা, থৎম-চৈনহনবা থোক্লবা তোয়না শিম্নক্লে। ওক্লবা মহারোলগী পেন্নবা তৌবদা মশাগী ইজৎ কাওবা য়েংদ্রে। মুমিৎ

চুম্লগী লমহেনবা মহায়োলশিংগা লৈশাবী শেম্লবগী, কাহনবগী থৌরাংতা তৌদুনা লৈরে। মোং কাদোকস্থ সেনেমা য়েংবনি হায়দুনা চোপচনিংবা থরগস্থ হেক চৎলি। চান্দনী থোইনা অহল ওইদ্রি পঙচোপ চোপপোয় শকীদি চৎশিন্নবা কোয়মিন্নবদা। মীওইবা হায়বা অসি ঙকবা কান্নবা, তৌদুনা ভুংগী পুন্সি য়েংদুনা লেনবদি মশীং য়াম্মদে। ঙাইহাক ঙাইহাকী সুংঙাইনবা হোৎ-নবা অয়াম্বনি। চান্দনীনা পিশক মমা মচাবু য়েক্লবগা চপ মান্ননা থনখ্রে। মমাবুনা তানথোক্লবা, মচাবুনা য়োনথোক্লবা কন্না হোৎনখ্রে অমস্তুং মমা মচাবু মাগী চুম্নন ওইখ্রে, মহোশানা মীওইবশিংদি অনি চৎপদা ময়াই থংবা তাই, অহুম চৎপদা জোরা শেম্লবা লাক্লে অহোইনহুম মায়বু উত্রবদি ইকায়বা থঙনদে।

---

## থাদোক্লবা

বসন্ত হৌগৎলকপা পুক্রিং হুনীংঙাইবনি, নিংথম থা লোই-রকপা অরাবগী মশক্লি, মরুপ-মপাং তিন্নবা হোৎরকপা, শঙ্গা লৈরকপনি, কান্নরকপা, য়েক্লবগী মশক্লি, ইচিন ইনাও য়াম্মক্রপা, শাগৈ চাউরকপনি, থৎনরকপা, মুৎনবগী লখীনি।

সুমিৎ য়ুংলমদাইনি। নিরঞ্জয়গা রঙ্গমহলগা নীলকমলগী মঙ্গুমদা লাকই। লখীদা জীবনলতা লাইরিক অমা পায়দুনা লাকই। নিরঞ্জয়না মাবু হেক উবদা রঙ্গমহলদা ঈজিং অমা হায়রপ তৌই। হাইকেত্তুং য়েংলগা "মঙ য়াওরবদি য়াররোই হায়রগা নিরঞ্জয়বু রঙ্গমহল্লা

লোৎহনত্রে। মহাক্না লতাগী মনাক্তা চঙশিনখ্রে মনাক য়ৌরবদা রঙ্গমহলনা হংলকই।

রঙ্গ—কদায় চৎলুরিবনো ?

লতা—লাইব্রিক লৌরুবা

রঙ্গ—চাকত্তি' চাত্রিব্রা ?

লতা—চাজরে।

রঙ্গ · করি এঙ্গাং চাবগে ?

লতা—অংবুরো! ঙাগা ক'বোঙাগা থোংবা চায়। অসি হায়-রগ জিবনলতা, অশম্বা মিংনা লতা, লাইব্রিক্না মচিন খুম-জিল্লগা থিক থিক নোকথোকলক্লে। রঙ্গ মপুংফাবা মিংনা রঙ্গমহল ইনোক নোক্তনা, অমুক্তং নোককেৎ তৌরুরগা হায়রকই।

রঙ্গ—অতুদি য়াম্না হাউ'রনি।

লতা—হাউই।

রঙ্গ—অদুমক্তা চাব্রা ?

লতা—চাদে। অসি হায়রগা অমুক হন্না নোকখ্রে।

রঙ্গ—করি মথেল অমসু য়াওবগে ?

লতা—অ-দু-বু রে'………! হন্দকমুক্তি লতা লাইব্রিক কাক-তোক্লগা মমায় মমিৎ শুঙখুম খুংজিল্লগা "কাক" "কাক" নোক্লগা "ঙাপ্রুমগা ভেলস্ত্রিগা ইরোনবা হায়দোরক্লে।

রঙ্গ, থুবাক্না মচিন মেল্লগা নোক্লিংবা থিংদুনা হায়রকই,—সবশ—! এইদি শরুক কৈহৌত্রব্রা ? লতা নোকপা লেপ্লগা মকি-মরোল শেমজিন্দুনা হায়রকই, "ঙদি লাকনি খঙদবনিনা থাকহৌব্রে"।

শাবী-শামোশিংবা কনা সুংশিনহনসু, প্রেমমিকা শিংবা কনা লময়োনরবসু মশা মশা হেক থেংনরবসু, মথায় মমায় হেক

ওনশিন্নরবস্থু, মতম মাঙহন্দনা, ওইনবা তোদনা, মশা মশাগী মরী-মখোঙ কোঙদোক্লবা য়াওবগে। অহোইনছুম নৈশাবী পাথংনা য়ায়ী শানবদি মরোল থোক্কপা নৈ অমম্বুং খোইমুদা থংজিনবা নক্রগা উরি অমম্বুং পামেলদা ইনশিনগল্লি।

য়ঙমহল লতাগী লাইরিক পায়রিবা মথুং অহু ঙাইহাক্কং মুন্না য়েংলগা হায়রকই,—"মঙনা পায়রিবা অদো করিনো" ?

লতানা খুমলকই—লাইরিক্লি।

রঙ মথুংনা থিল্লগা হায়রকই—অমদো।

লতা—কাংগুবীনি।

রঙ—ঐ চারগে ?

লতা—কল্লে ঐনা চারুবে।

রঙ—পীজনিঙদে হায়রগা, পীজনিঙদে হায়য়ু !

লতা—ওম্বোক্লা নবুক কৎখিল্লে ?

রঙ—মঙক, নোমলগা হায়রকই ঐনা কল্লিব্রা মঙনা কল্লিব্রা ?

লতা—(শাউশিন্নরদুনা) সেঃ থিৎ চারো। অদুগা ঐদি নোঙ-পুবা ঙমলোইদবনি।

রঙ—(ওইনবগী মওংদা) মীনা পীজবিঙব্রবদি চারোইদা।

লতা—(নোয়ুক্না) ঐনা পীজনিঙদকুনা তৌবা নত্তেয়ে। ঐনা চারুরে নোঙ পুগদ্রা তৌবনি।

রঙ, লতাগী য়াদু অদুম তাশিন্নদনা হায়—মীনা পীজনিঙব্র-বদি চারোইদা। লতা থাদৈশেংনা চুংঙাইতবা অমগা নোয়নবা রঙগী মথুং অহু তাপ পায়রগা হায়রকই, "চারো-সে কৈদৌরবগে"।

রঙ—অদুদি ইরকউ।

লতানা—লখী অসিদা ইকায়ঞেসে, হায়রগা মীরক মায়ক, অচিক অকোয় য়েংলগা রঙ্গনী ময়াদা কাংগুবী মপাক অমা কোক ইনশিল্লি। মথুৎ অদু তাপ পায়রগা ঝঙ্গনা খঙচিক চিকই। "অয়ো ইমা" হায়রগা লতানা খা·ই। রঙ্গ "মাত্রনে" হায়রগা থাদোকই। লতানা "অঙাওবসিদি........." হায়রগা লাইরিক্লা পোপ হেক থায়। রঙ্গ মথুৎ নাম্মনা লাইরিক অদু তাপ কয়াগা কাংগুবী মচেৎ অমা ইনশিল্লি। লতা—করেনে করেনে লুগোংত্রিঙৈদা কাংগুবী ইমরে, হৈজিংপোৎ পুত্রিঙৈদা লৈ হুরুপ্রে। ঙানপ থোঙবা চাবা কঙদনা শরুখিদনা তোক্লনিকো।

ঙসাইমথৈ হায়গে হায়বা রা হায়বা ঙমদনা, কোংদোকে থনবা পুক্লিংগী রা কোঙদোকপা ঙমদনা রঙ্গমহলনা রাকোয় গুরুরবা মতুংদা হায়রকই, "লাতা অশেংবা অমা তাকপিয়ো, লেপপিবা ঙমগত্রা ঙনমোইত্র।"? লতাদি কাগী ওইরবোই নীংতুনা লেপপিগেনে হায়রগা ঙাইহাক্তং লেপপি।

রঙ্গমহল শাওরপা হায়রকই, "ছৈ,ছঃ মীনা হায়রগা কাগীদোনা থল্লমালে"। লতা ঙাইহাক থল্লগা ৈকদোরবগে ?

রঙ্গ—ঙম্বীনি, ঙম্বীরোইদা হায়যু।

লতা— ঙম্মপে হায়রো কৈদোরবগে ?

রঙ্গ—চেল্লসি।

লতা – কৈদোরৈ।

রঙ্গ—হোরেল হু·ক্লাং।

লতা—কয়াম থেংনা।

রঙ্গ—ইয়া·য়াই থেঙনবত্র ঙল্লবত্রু।

হুমিদাংনি। লতা চাক ক্লশিং থোংবা লাক্লরি, হুমাং মরিক মরিক কায়তুনা, মমিংমদি ফল্লাং ষড়ীদা চেপথ চেপথ

য়েংলি। মপোৎ মচৈনা থল্লবা চাকথুম কা অদু ইহাও হাওনা উই, মুন্না য়েংশিল্লগা রঙমহল ঙাক্না ওইরবোই নীংই। চাক লোইরে। চাবা কাওবদা ঙসাই হায়নখিবদো থংনিং থংনিং নীংশিংলকই। লতা চাক চানা চানা নোক্নীং নোক্নীং থল্লকই, "ঐবু চেন্নশিন্নে, হয়েং চেন্নুরগা থাইদোক্লরবদি ঐদি মাঙজয়েং শেরা। মীগী মচাবু হেক মাঙচনবা য়াত্রা? অঙাং মচামকন্না নত্রেদনা; করে অদু মঙায়রে চঙঙগা-চঙ, শিরগা-শি"। লতা পুক্লিংদা চেনবদা লেপখ্রে। মহাক চাক্না কদায়নো. এঙ্গাংনা কদায়নো থঙত্রে পায়রু পায়রুবা হুক হুক্কনা চাবা লোইখ্রে।

লাইরিক অমতং পাম্বনা, য়াম্বী অমতং তাম্বনা, ঈশৈ অমতং শক্কনা, ভ্রাত্রা-সেমেমা য়েংহনা, য়ামী-য়াঙাই শাহনা মতম লেনবদি থোইনা য়াদে, হৌখিবস্থ খঙহৌদে। রঙমহলনা কোম্বোওদা নিরঞ্জনবু মী য়েংনবা হায়হনা থনম্নগা লফু মখোঙদা লতাবু য়ানা ঙাইরি। ঙাইবা ঙমত্রহনা রঙ চাকথুমগী ময়াদা লতা চাক থোংইত্রা, লোইখ্রবরা হায়না নাকোং থাজংতুনা তারি। লতা ইশ। খেঙখ্রে হায়না লুখাক-চঙুম অদু কোক কোক শেংজিল্লগা থোংহ্র খঙহাং হাংদোকক্কনা খুজাম অদু লাপ্না লংথোরকই। মনা থাঙক্কনা ভারিবা রঙমহলনা থোরক্লমালে হায়না মমায় হেক ওনশিল্লকপদা খুজাম্না মমায়দা থারে। মমায় মমিৎ পুমচোৎ চোৎলে। মমিৎ কাকলি কাকলি ফুরিৎ লোথোক্কনা তৈ-থোকপা লাক্লয়ে, থুম্নদি লোইরে। মীশকন্থ ভশেংনা খঙহৌত্রে অহুনা লতাবু চৈবন্থ ঙমত্রে। আমাবস্যাগী অহিংদা পুর্ণিমা ওই-রয়ে, চোৎলিবা মকি অদু ঙমদোক্কনা নৈরিরৈদা লতা পোৎ-য়োম মচা অমা পায়রগা লফু মখোঙ তম্না চঙলকই। লতা

শিংনবা নত্তে। তুপীমচাশিংনা লাইরিক তম্বা চিঠি ইবা তম্নবা নত্তে, স্কুলদা থারকপা পঙনবা নত্তে" মহাক্না খোয়কপা অমু কনা-কনাগুম্বনা উথ্‌বম্ব নুপা ওইরবোই নীংনবা হায়দুনা N. C. C. গী Dress অমু শেৎচিল্লগা খোয়কই। মহৌশানা ছাত্রীগা ওইবনা মশানগা ফাগী ফগাং পাম্বগা রজবু উবদা "কনানো তুরানবা ফাও, ফাও" হায়না তপ্পা তপ্প লাউই। লতাগী মপাদি Police কী Inspector নি। অদুনা রজনা Police Inspector কেরানি ওইরবোই নীংদুনা "এবু থাদোকপিয় পাবুং" হায়না লতাগী মখোঙ মনাক্তা "বোম" তুরদুনা খুরুমলে। লতা থাঙবা ঙমদ্রদুনা থিক থিক নোক্লগা 'মী তাথ্রনি চৎলসি" হায়রকই। অমসুং রজনা পায়রিবা অচোৎপা কি অদু পায়রগা হায়রকই,—করিগী চোৎলিবনো খসিদি। রজ—শাউনিংবোই, হঙোইবোই, নোক্লিং-বোই, কপ্পিংবোই, খোইরাংবোই, খোইশাউবোই "নপাদোনা খুজাম তৈজিল্লকইব্রা" হায়রগা লতাবু খঙকোল কোনশিল্লি। লতা থজায়দা চোৎলিবা অদু তৈখোক্লগা মথবাক্তগী মখুৎ অদু লোখোক্লগা শেঃ চৎলসি হায়না রজবু লেজোয়রদুনা খোকথ্রে। করিগুম্বা থবক অমা চৎলুবগী নীলকমলনা ময়মদা হল্লকপদা, খোজালদা নিরঞ্জননা রজবু কমদুনা ঙাইবদগী মখায়না মখুদা লোৎলগা তুমদুনা লৈবা অদু থেংনরুরে। নীলকমলনা করিগীনো হায়না মনাক্তা চঙদুনা মরুপ মরুপ হায়না হোদোক্লুরে। নিরঞ্জননা মমিৎ-উইরুম-উইরুম জ্ঞান ইত্তা তাদনা হায়রকই,—পোরক্লব্রা? নীল—করিনো? পুরক্লব্রা হায়ববো। নিরঞ্জয় মমিৎ নোইর নোইরদুনা "জিবনলতা চেন্নুসি হায়না লাক্লিবা নব্রা?" হায়না অমুকন্থ হায়ররে। নীলকমলনা তাব তাদ্রদুনা চোইরোল লোল্লিবোই নীংদুনা হায়রকই,—শে নমিৎ

শিংউ করি হায়রবনো ? নিরঞ্জয় মমিংনা নীলকমলবু মুমা য়েংলগা ইশ্ হায়রগা লূকথৈ । তাঙ্গা অসিমক্তদা রঙ্গ লতা বারী শার শারগা থোরকই । নীলকমল শাউবনা ঈ কারদ্ধুনা নোং খাকপ-শুম "লতা" হায়না অমুক্তং কোরমলগা ত ম-তামহৎনা ফূ-ফূহনা পুশিনখ্রে । কপ্পসু য়াদা, নোকপসু য়াদা ; রঙ্গমহল অমদি নিরঞ্জয় মচৈ মচৈ বা অমত্তা তাঙনদনা তপ্পা তপ্পা মযুমদা হল্লখ্রে । শুমিং অতুদগী সুংশিনরবা মরুপ অহুম খরা খরা লাপথোক্লখ্রে অমসুং অশুম অশুম থাদোক্লখ্রে ।

---

## কলকপা

মীগী কজবা উরগা, মীগী মরল লৈরগা, মীগী অকবা তারগা, কজবা শক উরগা মীওইনা পোকপা ঐখোয়দি অয়াম্বনা কলক্লে । মৈরাম্বীনা মৈতাল উবদা মৈসুংদা চোংশিল্লি, মীওইবনা কলকপ-দি মাঙনবদা চোঙশিল্লি । পিশক্লা পরিক্ষা পুন্নমক্তা মকোক খোংজুনা লাকপা অমদি লমচৎ ব্যবহার কজৈ হায়বা অসি তাবদা লৈকাই পাখং অয়াম্বনা মাবু কলকই । খোইদোক হেন্দোক্লা ভীশন্তর কোবা লৈকাইগী পাখং অমনা পিশকপু কোয়গে হায়না মখল মখা অয়াম্বা থোয়াং তোখি । অদুবু "মিংনদি পোংপু উই, পোংনদি মিংপু উদে" । মানদি পিশকপু পামই, পিশক্লদি মাবু পামদে, মানদি খঞ্জে, অদুবু অরেম্বনি । হয়া হয়া পিশকপু খেন্না লাক্লখি । অচোম্বা বাহৈ তাবা নত্তনা মাগী অপেনবা ওইখিদে । মচৈ থংদা সোয়েগী মমা চান্দনীগী মফমদা চঙজহনা পিশকপু

লোননবা থোরাং তৌথি। মুমিৎ অতুদগী চান্দনীনা পিশকপু থেমতুনা পীথিনবা হোৎনখি। অদুবু অরেম্বদা তাখি। উপায় লৈত্রভুনা চান্দনীনা য়েক্নবা মমা-মচাবু মাঙনবা তৌখ্রে। মমা জামিনীবু ফত্রবা মাইবশিংগা তান্নতুনা শেমজিন্দুনা ঙাওহল্লে অমসুং মচা মুপীবু অহিংদা কাদুনা পুথিনবা থোরাং তৌখ্রে।

চান্দনী! ময়াম্না চান্দনীগী লমচৎ থোনা খয়া মখৈদি খঙলম্লগনি। অদুবু মাগী পুন্সিগী থৌদোক পরেং অমুক্তং মিৎয়েং তাবিসি। মহাক কাছাড় নিঙোলনি। মতম অমদা ইম্ফাল সহরদা মপানা কারবার তৌদুনা লৈরিবৈদা মচা মুপী চান্দনীবু কাছ ড়দগী পুথোরকপনি। চান্দমীনা লৈশারিঙৈগী রানি। মহাক মুপা মশীং লাকপা ঙমদনা কোয়। এনা খঙজবদা মহাকপু কোয়রম্বা মুপা ১০৮ য়োম শুই। মুপা খুদিংগী য়ানবা চৎপদা চান্দনীমুক শিংবা লৈতে হায়বা য়াই। মতম অদুদা মানা মুপা খুদিংমকপু পেলহন্দুনা থম্বা ঙম্বা অমদি মীবু চাউথোন-নাউথোমবা ঙম্বা অদুগী মহাকপু খ্যাইনা "সতী কুমারী" হায়না খঙৈ। চান্দনী স্কুল তম্লিবৈদা সেনেমা য়েংবা, পিক্নিক চৎপা, 15th Aug, 26th Jan, চিৎথবা লৈতে, মকোক্লি। স্কুল কাবা নোংমতা লেপ্তে, চৎনিংত্রগা ভোকপা নত্তনা থাঙ্গশেংবা নোংমাইজিং মুমিৎ কাওবা স্কুল কায় হায়বা য়াই। ময়ুমদগী পৈশা লৌবা, ছুবদা হালেংবা লৈতে, মুপাশিংগা চৎমিন্নবদা চিংনবা পোক্তে। নোংমগী Period য়াওত্রবসু সেনেমা শো নত্রগা মুপাশিংগা চৎমিন্নবদি শোয়বা য়াদে। সেনেমা মুংঙাইবা লাকপদি চান্দনীগী মুপা মশীং হেনগৎলি। তোয়না য়েংমনবনা, তত্তনা কোয়রবনা মীনা টিকেট কক্পীরবসু, খরচ পুথোরক্রবসু মপাগী pocket money

গীমক মাগী লৈকবা মাল চাং পুম্মক লোইনা চৎখে, হায়বা যাই। লাইরিক, কলম, মাইনন, খোঙউপ, খুজি, খুদোপ অমত্তা লৈত্রে। নোংমদি চান্দনীনা খোইদোক হেক্কোক্লা পামজবা মুপা অমগা পিক্লিক চৎকদোরি। মমা মপাদা হায়রক্লবন্ন করিগী পৈশানো হংলক্লবদি খঙগ্রগা চৎপা য়ারয়োই নীংলদুনা চান্দনীনা হায়দ্রে। দুকান্দগী পোৎ-টৈ লৌথোক্লনবস্নু কর্ম্মচারীশিংনা পায়শিনখে। উপায় লৈত্রদুনা চান্দনীনা মশানা চারিবা তেঙ্গোৎ অদু পুদুনা স্কুলদা লাক্লে। স্কুলগী চৌকিদারদা য়োনখোক্লে। খয়া হোঙনা কঙলবা অদুদা চৌকিদার অদু মতুংদস্নু হেক হেক নীংশিংলকউ হায়দুনা নোক্কনা লৈহোই। অহানবদদি চান্দনী য়াম্না কিনা ময়ুমগী পোৎ লৌদুনা য়োল্লমই। মমৈথংদদি "খুড়া চৌকিদারগী মনাকপু য়োরবদি" হায়বা আশা অমগা পংপু পুরক্লে। নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা ইমুংগী Table clock অদু পুদুনা চৌকিদারগী মখুত্তা য়োনখোক্লরে। হয়ানবগী তরানি মপুগী নোংমা হায়বা অদুনি। মপানা খিগৎলক্কনা চৌকিদার অদু ফারে। ময়ী মথোঙ খিগৎলকপা চান্দনীগী দোষ ওইরমলে। য়োৎকা তিম-বদগী চোঙ্গাং লুপলে য়োৎনা লুপা হেনখিবনা। খুড়া চৌকিদার ইকাইবনা কিরক খুমলে। করি হুংগী নঙাংগা শঙ্ক তৌরুবনো য়োত্রে। চৌকিদার স্কুলদা থবক তৌহনখিত্রে। অমস্তুং চান্দনীবুস্থ স্কুলদগী তানখোকখ্রে। অদুগা মপানস্থ ফু-চৈদুনা লাইরিক তম্বা তোকহনখরে। মতুংদা কনাগুম্বী ছাত্রীশিংনা ওমা কারকপা, থেংনা কুমলবদি মমা মপানা বারৈ চেরবিয়ে। চাক চগ্রিং অমনা চেং চেংকোক অমা যাংই হায়বদো ওইরে। পাখৎ চাউবা মৈতৈ ইমা ইপা-শিংনা মচা নুপীশিংবু মহৈ মপুঙ কানা মহৈ তমহনগবদো কিনয়ে।

মীওইবগী পুন্সিদি অঙকপনা থম্লি হায়বা য়াই। মতম অমদা চান্দনীনা—পেরুক্না চউবা, চরুখোক্না য়াখিনবা; হৌদোং থাদোককম, লরাই মকোক, ইম্ফাল মমৈ হায়না লরুরম্বা শ্যামবাবুদা মশানা য়ানা মখোঙনা চল্লক্লনা পুন্সি লৈপুন ওইনখি। শ্যামবাবু মৈতৈ জগোই ঊশৈদা থোইদোক্না মশিং চংপা মুপানি। ঊশৈ শকপা হৈবতা নত্তনা তুপী অঙাং থেম্বদা য়াকোই শুত্তুনা লৈপুঙ কাত্তুনা মথৈ য়েৎনবদা, জুবায় শাম্নবদা, য়ু থকপদা, গঞ্জা থকপদা হালেংবা লৈতে। চান্দনীগা শ্যামগদি মনত্তুম মাম্নবে—লাইগা-লাইগা, মীগা-মীগা, য়োংগা-য়োংগা হায়বত্তুনি অমনস্ত হেন্দে অমনস্ত য়াৎতে।

পুক্নিং হুত্তনস্ত মাধবী; উয়ীরৈ, থাবলৈনা, লৈনম চেন্দুনস্ত কেতুকী, লৈহাউন্দ লাম্নবা কালদদি ময়োই-ময়াংগী মনম্না হেন্দবা নত্তে!

---

## থাজবা

চুড় চাঁন্দপুরদা আউট পোষ্ট ভাত্তুনা লৈরিঙৈদা কেরাণীনা য়াম্না নুনা হাও অমগা মরুপ শাম্নরমই। নোংমা মখোয় অনি অম্তম চাক চামিম্নরম্বদগী ইমুং-মনুংগী মরমদা য়ারী শানরক্নমই। কেরাণীনা মচা লতাগী মরমদা হেক হৌদোক্লকপদা মরুপ অত্তুনা মাগী মচানিপাগী মমৌ ওইরগে হায়না কাগী করাং ওইমা হায়রকই। কেরাণী করিমতা চিংনবা লৈতনা "কৈনে মরুপ" হায়না মঙক নোমত্তুনা য়ানিংবা উৎলি অমসুং মহাক্না মথা শমথত্তুনা হায়রকই মরুপ! নখোয়গী জাতিগী মীদি ঐখোয়না পংদৌ

ময়োরে, অদুগা ঐখোয়গীদি অয়াম্বা মখোয়না .লৌনদে। ইহান হানবা ওইনা মণিপুরদা "হাওগা-মৈতৈগা" লুচোংদুনা চাউমবু থাজগে। কৈ মরুপ, ইয়াইবক কবনি। ইচামুপা অদু হৌজিক (College) কলেজগী লেকচরর ওইরি. ট্রাইবেল কোলোনিদা লৈখিবা চহি অনি-অহুম কাপ্রে, মহাক মুপী থিকদ্রি হায়না মরুপ তুমা হয়াউনা মরৈ লকক্-লকক্না থুমই। অসুম্না চাক চানা চানা য়ায়ী শারম্নগা চাবা লোইরকুদুনা ঈশিং কোল অদু পায়-রগা "হন্দক আউট পোষ্ট লোইরকপ. ঐনা য়ুংদা লৈরকপা অদুদা কুইহন্দনা চাউনা হোংশ" হায়রগা তু থ-মাঙথা মরুপ-অনি অদু থোকখে।

আউট পোষ্ট :লোইরদুনা কেরাণী ময়ুমদা লৈরে। মচা-শিংবু য়েংশিন-খোংচিনবা, য়ারক-য়াতেম্বা হোয়ক্লে। লোননা লোননা উপু-কাংথোল, লিক-কোল, অচা-অথক লাঙবা হোখে। ইথঙ খঙহোদনা মুমিং লেপথিদুনা বার্ত্তন চংনবা হোখে। লতাদি করিমত্তা খঙবা লৈতে। ময়ুমদগী মপামসু থোকহল্লে, মরুপ-মপাংসু উনহল্লে, ইমুংদগী মপান থোকহন্দে হায়বা য়ারে। শিংনা শীনথ্বা লুহোংবনি। কেরাণী—মচানুপীদা মচিন হংলু-রবদি য়ারকওই, মুংশিনবা লৈরমলবদি শিগে হায়বা য়াই নত্রগা লোম্না চেনথিবা য়াই, অদুগা মশাদি ভঙাইকদনা মুমিং অদুদা খঙহল্লগে হায়দুনা লতাবু মনিংগী শঙদা মপাল থোকহন্দনা করি-মত্তা খঙহন্দনা Co-operative কৌনি চায়দুনা কি শাহন্দুনা থমখে। অয়াংকম কম্বা, বার্ত্তন চংনবা মীশিংসু মমাঙশজোই অদু পুমথা থাজিল্লগা তুমিন-তুমিন্না ঙাংনৈ অমসুং অয়াংপা পুম্বনা গাড়ীবা চেন্থোক-চেনশিন তৌই। করিগুম্বদা মীশিল হেক

তাদুনা লতানা হংলক্লবস্থু কেশকোনি হায়না হায়জিল্লি। শিংনা শীনখ্রে। অসিংক্সা হেক ওইরে পুলিস ইন্সপেক্টর ওইরিবা।

ওসি'দ লতানী লুহোংবা সুমিৎলি। ভুমিৎনা তরং-তরং খোক্লবদগী ইখও খওহৌদনা লৈচিন্না পুমকুপ কুপখ্রে, অরাপ্পা অমকপা মখম অয়াম্বা খংং-তখেংনা লৈচিন মপৈ-মপৈ পাইবা হৌরক্লে, লৈচিনগী মরক্তা অপিকপা নোংমরিক তাবা হৌরক্লে। অয়ুক্কা ওইবনে, লৈচিন্নগ থাবনে অয়াম্বা চবক ইনখাও শুবা নোঙ্ম ইতন তন্নরে ভানু তি মপি ইবা চেক্লদুনা মচাগী মনাক্তা কবোক খরা চেনা য়োমদুন পায়রগা চওলকই। চানু মচাগী মতৌ মুন্না য়ে লপা মপি চদুন চহ্ম তারদুনা হায় কই:—ইমাগী ইবেম্মা লতা, চন্দক মপোক্কী লোইরেকো! লাউনে ওসি'দি ইমাগী তম্পাক্তা কাংলোনে ইমানা খোমলাং শক্তুনা ইখুৎনা পায়রিবসে অমুক্তা ইনগে। লতানা মমাগী মতৌ উবদা "ইমা নওবু ডাওরব্রা? হায়না মখুৎনা মমাগী মকিত্তী পিরাং অচ তৈথোকপ। ভানু চথোও তিংখোক্নুনা কমলগ "লাউনে ইমাগী ইবেম্মা লতা ইমানা নীংবসি অমুক্তা থুংহল্লু হায়না মচাবু চিংশিল্লি। লতানা, মমাগী তম্পাক্তা মকোক তারহ্না কপখৈ। ভানুনা মখুৎনা পায়রম্বা কবোক অদু ইনবিরগা "ইমাগী ইবেম্মা লত" হায়না হৌনা হৌনা কপখোকখ্রে। লতানা ইবা নওবু ডাওরব্রা হায়না হন্না চন্না মমাবু খেম্বা লাক্লেরে অংক্সুং করিগনো হায়না মখা নোমহনা হংই। মরোল মরি খওদনা পাকপ কপপা অহদা গতি লৈত্রদুনা মমানা কবোক য়োমলবপা চে অদু খুমগৎলগা মথক মখা ওন্দুনা য়েংউরে। থেংংখ্রে শুভ বিবাহ" হায়না থারগ মুপা অমগী মথুৎকা মুপা অমগী মথুৎকা পুনশিনবা। লতা 'হিস্ লুহোংবগী বার্ত্তন্ ওইরমলে হায়রগ্না পাবা হৌখি।

# শুভ-বিবাহ

লাক্লিবা তাং ১৫ ! ২ | ৬৭ ইংগী য়ুমশকৈশ সুবিত্তা গ্রী ইং
চুপী কুমারী জীবনলতা দেবীগা শ্রীমান মনিবুং কবুইগী মচা
মুপা শ্রীমান আ ভুং কবুগা লোয়ননা ভুংখিল পুং ১॥ তাবা
মতমদা শুভ বিবাহ তৌজগদৌরি।

চুমিৎ অসিদা মরুপ মপাং বারি-সম্বন্ধ পুন্নমক্না লেংবিরক্নুনা
বর কন্যা অনিবু মঙ্গলাশীর্ব্বাদ পীবিরনবা পত্রনা নিমন্ত্রণ কচ্চরি।

বিনীত ঃ—

কেরাণী সিংহ

হন্না হন্না বার্ত্তন পাবা লোইরবা মতুংদা লতা মকোক্না
পায়রগা শুরু-শুরু নৈদুনা লৈখ্রে। ব্রজ তারুকপগা চপ মান্ননা
য়াখ্রে। করিগুম্বদা লতানা নোংমা নিনি য়াৎলিজৈদা থেংনবা
ওইরম্লবদি চরা হেন্দুনবু ওইরবস্নু নিংশিঙ, নিংশিঙ কপজুনবু
ওইরবনু থরমখৈদি অরাবা কোদোক্লমগদবনি অদু হৌজিক্কি
খোইদা থুরবা ওাগা চপমান্নখ্রে।

পোংয়োনবীগী য়াশক, কৈথেল কাবীগী য়ারী কনানা অচুম্বনি
হায়না থাজবগে? খিৎতং উহৌবদা চাম্মা শেমদুনা ওাংবা
খিৎতং তাহৌবদা লিশিং হায়জিন্দুনা তম্বা শোয়ত্রবনি। অকা-
অকুমদা কেরাণী ওাওরে. মচাবু হাওদা থাজরে, লুহোংখ্রে' লৈ-
বাক মাগুলে, মৈতৈ লৈখা তারনি হায়না য়া-য়া লাউনরে।
মৈতৈ মচাশা। য়াথলগী তম্পাক্না কল্লনাগী ঈথোংবু হাংদুনা
চীং তম অনিগী প্রেমগী ঈচেল শেমদুনা মণিপুরগী য়াংমা লান্না
মীবৈবাকী লমদা সমুদ্রা তম্না অশাবা মরুভূমী লান্দুনা চেলহল্লসি।

## "কপ্পা"

হে উরী! য়েৎসনীংবা উপালদা য়েৎচবা কংদনা হুপ তিংথোদা য়েংলুংবনি, শা-ষন্না চাবদা মঘোল য়াউখ্রেদো।

লন্তা লুচোংবগী অহিংনি। নোংচুপ থংবা অতিয়াদা থাবা মোং মরক্তা লে। হৌজিক নোং ভাখিবগী লৈপাক অমম্তুং উবা য়ানা পুম্নমক চোংলি। অতিয়াগী মায়কৈ পুম্নমক্তগী নোংনা মুগুক মুগুক পাইরি। তৌইগুমম্তুং থাজগী অকোয়বদা অপাইবা নোংগী মরক্তা মতেক থরদং তরু তরু, অশেং-তশেং থরাশ্রিচাক মগা তয়াদংপা লোয়ননা চাংলেম্না তয়ং তয়ং থানা গানথোইবনি, নীংথিরবী য়ুরাবা পামজবা কমানা কামী কয়াং ওইনা য়াটৈ অমা অনি হেক লক্করকপদা, নোকফেৎ তোবদা, চিম্বালনা হুংশি লাংবু থাকপদা হেন্দোকখিবা য়ামাংগুম নজ্রগা তম্ফা থুমোপ য়াইওইবা সনাতনা শারবা, নীংথিবত্তা ওইরবা, থুদোগুগী মরাম্দা হিরা থেৎপগুম নীংথিজে। মতম অসিদা কনাগুম্বী মুয়া অমমা মথুক্তা কোটে অমগা চিঠি অমগা লোয়ননা ইমুংদগী মপাল থোরকই। থোঙ্গাল ময়াগী নোবাপ মথোঙদা চঙশিনখি। কমবৈ। ইত্তাগী পোৎলান মাগী পোৎপাঙ কোটো অত্তবু মিৎকী পিনা য়াদা ওইনা হঙ্কি। কোটোনা মুয়াগী মালাবু হোয়-মায় হায়দনা ওকলি। থাইহাক লৈরগ কোটো অত্তবু শেগায়রে। থাঙবা গুমত্রত্তুনা কোটোনা "জেরে জেরে" হায়না কপলে, মচেৎ-মচেৎ ওইনা লৈমায়দা তায়ক্লে। চোইজায়মরবা কোটো মচেৎ-মচেৎশিং অত্তবু অমুক্কং য়েংলগা মুয়া অত্তুনা চিঠি অমা কাক্লোকই। থাবলগী মঙালদা অমম্তুং থোঙ্গাল ময়াবা থাম্লিবা ইলেক্ট্রিকী

মৈত্তালনা চিঠি অদুদা ইরম্বা মক্ষেকশিং অদু পরেং পরেং উরি। মুরা অহূনা মখোল থোকনা পাই অমত্তুং অস্কুপ্ন ইরখা থেংনখি।

My Dearest Sister :—

থরাউদগী থেক্লবী লতা ওসি'দি কাবরবা থম্মোয়গী মথেক থরদং মুজা নকাদা শুর চাদনা শৈশক্লংগেকো শকহেনবী। রাইকোলগী লৈরাং ও, মুত্তাইকোলগী শীঙেল ও, মীরাংমীশা লাংত্রিটৈ, অপাম-মুংশি থণ্ডিরিটৈ, ভাইবং মিৎয়েং চঙত্রিটৈ, লৈরাং লৈথোঙ শঙক্লপা, শীঙেল চায়া থেক্লকপা, মুংশি ইথৌ লাক্লবা, অপাম লিক্লা তারখদা লৈরাং লোননা পাঁথিবা, শীঙেল লোননা লৌখিবা, প্রেমগী লিক্লাং পক্লেংদো চোইনা চোইনা তারেদো মুংশি রাখেনরসি, মপোক-সিমগী কাউনরসি, বিদায়; বিদায়! হায়রুনা মুংশি শথায় লৈরগা, ভাইবং চেংজেল কোক্তা থোং, মুংশি পোৎলুম অমদা পোত্নুনা, লৈরাং কবোকংশুম হয়ানা, ঐগী যৌবনগী হিদেন্দা ভাইহাক শাংলমলগা, অপাম্বা কনাগী হিদেন তম্না মুংশি ইরৈ ইচেলদা ভাউথবদো, মুংশি তোর্বাম্দা লেপ্তুনা স্মৃতিগী খুদোল অসিমত্তং কৎলমলগা মিলন ওইবা ওমত্রে হায়না খোংবা অকাউ ইরাবয়াইদা হয়গেকো পাম্মুবী। হন্দক মপোক অসিমদি পিরাং না ওইনরসি পম্বুংকম।

অমোইবদা লতা! নঙ ঐবু কাউথ্রোকো, ঐনু নঙবু কাউরগে। নবুং অমত্তুম থম্মূনা থারিবা কান্দা ঐবু নীংশিং-লক্কুনা ঐনসু নঙবু নীংশিংলক্কুনা নঙ ঐগী মতেং-ইতেং পাংবনিকো ইবুংগী ইবেম্মা লতা।

মহাকী মবুং থরুবা

মুকুমহল মৈতৈ।

অচিকপা মতংদা, অহাংবা মকমদা, অংগেংবা অহিং তাংলোয়দা থংগোর পোকপা থোরক্লমা "কুহু" "কুহু" খোঞদা পুক্নিং হুরগহু, মাক্লবা কালেনগী শাবরা লৈশাগী মরক্তা কাক কাক থোকখ্রুম মুরা অদুনা চিঠিদু মরোলবু থনখি। অমা অমা অমুক অনিরক্তং মুমা য়েংলগা থেপুপ মনিরবা চিঠি অদুবু শেগায়খ্রে। ওসাইমথৈ নোংচুপ থংবা অতিয়াদা লৈরম্বা থানা কোটো মমুংগী চিঠিগী অরাবা মতৌ অদু থাওবা অমত্রদুনা নোংগী মরক্তা লৈতেংলন-শিনুনা ফিনা থনবা থাউমৈগা চপ মান্নরা উরে। নাবিবা মুংশিং শিংপা হৌরক্লে, উন-থানাশিংনা নাংবা লাউনা কগী লৈপাক্তা ১পি তোপ তোপ ত রক্লে, অমংবা নোংমু চুরক্লে, অহিং চেক্লা মাকাথরক্লে, কোজেং হারৌ থোজংলক্লে, অরাপ্পা অনকপদা তাউবা হুইনা কপ্লক্লে। নোবাপ-পাম্বীনা চেনখ্রগে মতাংগুম হাই হুমলক্লে। অতম অসিদা মুরা অদুনা নোবাপ মথোঙগী চুংকে হেক তৌবদা নোবাপ মশা অমনা থাইখো। হান্নগী মতাংগুম ফিজি মচেৎ অমা য়ানদুনা লৈখে। তপ্পা তপ্পা ফিজি অদু লোথোক্লগা অমুক মথোঙ অমা অনিদং থাংদোকপদা ফিংথংনা য়ুরে। অদুবু থাইহাক লেপলগা শংপা ন্যাক্লিদৈদা "লতা" লতা কৌহুনা ইথও থওহৌদনা মুপী অমা চওশিন্নকই। লতানা ফিংথং হনবা লোইরম লোইকাত্তুনা "লৈবাকলৈ" হায়না কৌরগা তাপ রোন-শিনখ্রে। অনিমক বা অমতা, থাংনদনা থাইহাক লৈকরগা লৈবাকলৈ অনিশুবা মিংনা পিশক—তপ্পা তপ্পা হায়রকই লতা নও থাউরব্রা? মরাপ লৈজত্রবা কোটো অমদি চিঠি করিগী শেগায়রিবনো? লতানা মরিক মরিক তারকলিবা লোংপা পিরাং পিমোইমদুনা হায়রকই-লৈবাকলৈ য়েংজলিংদে কোটোমক তাজলিংদে

চিঠিগী মরোলসু, য়েংজনিংই মিৎসিনবা শেংলবা মুর্তিদো, তাজ-নিংই মাগী অশেংবা য়ারা অচুতমক। লৈবাকলৈ—করে ইতা হোৎনবা মতমগী রানি, কাপ্পরোই, কাপ্পরোই হোৎনবা অমুক নীংশিংলুরসু, হৌজিক নঙ মৌ ওইরে, ঐগী অাশা কায়রে। লতানা মৌ হায়বা হেক তাবদা ফিংনা চায়রকই—করি? য়ারোই, ঙমলোই, ওইরোই, হায়জসু, শোনগসু তাহনগনু অমুক ঙন্না ঐগী নাকোংদা মঙগী "মৌ" হায়বা রাগৈংদো। "ঐবু মৌ" "ঐবু মৌ" হায়বা খোম্হোক্তা লোয়ননা গিক হিক কপলে। মরিক-মরিক চুরখা নোংনা জম জম লাউনা কপ্পা অখাক অরাওপা লোয়ননা চুরক্লে, হুংশিং কপ্পা শিংকক্লে। ৎঙহোদনা ব্রজ অনকপদা তাপ্লে। মৈশানা চাকথেক্তুনা "ইমা" হায়না লাউবা মখোল অমা তাখি। মফি চোৎনা চোৎনা নোংলক্তা লৈবাকলৈনা চেনখি। অঙকপনি! ইথাপ থাপ্তুনা মখা পংবদা লৈ রব অমাংশঙ মনাক্তা মী অমা তাহনা লৈরমলে। মথবাক য়ৈরচুম ঊশিং হায়রগা ঙংতাবু কৌশন্দুনা য়েংমিন্নখ্রে। অতৈ ওইরমক্রে—নৌনা কংজ-রিবা লতাগী মকুবোক ওইরমলে। করি তৌগনি? লতা? চমম্নরে রাখল হায়কম খঙদ্রে, তৌকম খঙদ্রে। দশা তারে।

অহিং অতুগী দশা অহু লতা মথন্তা নত্তে লৈবাকলৈসুনি। সুমিৎ অত্তুদা লৈবাকলৈ ফানবা মম চান্দনীনা শিন্দুনা লৈকাই পাথং মরি মঙা লৈবাকলৈখোরদা চঙলকই। নিরঞ্জননা মকোক ওইনা চঙশিল্লগা লৈবাকলৈবু ঙতাগী মনাক্তা য়োনবা শীনখি। লতাগী মথন্নাই হুংঙাইনবা মহাক্না রঙমহল শাদুন চিঠি অমসুং কোটোবু পীখি। লতা অশোই অকাই লৈত্রে খঙলবদা মমা অপোকপা জামিনী অঙাওবীঙম মপান্দা পুখোকপিরমলগা খোঙ

লোনশীন্দুনা থিরঙ্গয়না মুম মৈ থাখি। মৈশা চান্দনী অমদি ওক্তবা থরা শিখি অদম্বুং শ্যামবাবু মৈনা থীরা লোকখি।

---

## উপক্রম

মী ওইনা পোক্লগা, চাগদবা থরা চা, থকদবা থরা থক, চংকদবা থরা চং, ভাঙগদবা থরা ভাঙ, য়েংগদবা থরা য়েং, শুগদবা থরা শু, নোমগদবা থরা নোম, অরা-চুপ্তাই, অমম অজ্ঞানগী ঈথকা খোজ্রাই চন্দুনা হে কৃষ্ণ। হে প্রিয়ে। হায়দুনা লাউরগা পুন্সি লোমখিগদোবগী শরুকপুদি অমুকং থরগা উপকারগী চৌংদোলদা কাদুনা মিংচংকী চারা অমত্তং থারখবা হেরা কায়ে। কৈ।

উথু লমনি। লমজুগী মমিংনি থওয়ে। চৌংজুগী খুল অমনি। মকম অদুদা অতোপ্পা মী চওবা য়াম্না য়ানা খোকনি। অদুগা অমুম্না মী তারমগুনি হায়বসু থাজরোই। লোয়োক্সিনীনা মকম অসিদা লুচিংদুনা মুপীনা লোখোইবা, শীং চনবা, লোয়াং শুবা, গাড়ী চংপা খঁমদি কিশা লোনশাগী থবকসু শুপাবু খুৎ থিংজিনবা কয়া লাক্লি। "হৈপালদা হৈ পাম্লি, লৈপালদা লৈ শাৎলি" অদুবু লম্ফু থরো শাৎলগা লকোই ওইখি অদুগা মশাগী পুন্সি লোমজখি।

শাওল অমু খোইদোক হেন্দোক্না অকাওবা ডাকু অমনি। ডাকু অমা ওইদা যাম্মী তোবা ওবগী মতিক-মগুণ তাবদা কিদিংতাইনি।

আসাম রাইফল নত্রগা মণিপুর রাইফলগা তুমিং ৫-৬ চৠনা হোট্টাইলগা কাপনরবদি মাবা শোয়দনা লৌনবনি হায়বা য়াই। থাকৈ-শেংবক্কী উগ্র্ল সর্কনবা লাল লৈবদি মাখনি।

ইকুট কুইন উগ্র্লদা সিজ করাম ভৌতুনা মী কয়া হাংখি, কয়া অশোক অপন য়াওখি। মতুদা সোরোজিনীনা অরাবশিংবু অধার্মশিংবু শেল য়েন্দুনা, চিজাক পীদুনা অতৌবা মতেং পাংখি। মহাক্না কনা হয়া হায়রগদুনা অমুবু লাল হোবা লেপহনখি। লাকপা উযত্ত্রবা অমু সংসারগী চৎনবীমী মসুংদা পুমিল্লকখি অমসুং ডাকু অমু জ্ঞান তাজ্বুনা মাগী মতেং পাংজ্বুনা অফবা থবক কয়া তৌজ্বনা সাধুগুম লাইনাংখি। ডাকু রত্নকর, গুপ্তা শাগেগী অশোক, ব্রজগী কৃষ্ণনা হোয়কপগী য়ায়ীদি নোকনিংবা, অকিবনা থল্লি অজুগা লোই-রকপদি পুজা তৌনবগী মশক্নি। ডাকু অমু সোয়োগা লোয়মনা অরা-অব, লাইর লনং প্রজাবু মতে পাংবা হোত্রে। মপাগী লৈজবা শেল পীথোকপদা পাম্মুবা কৈত্রে, মীনা থীনা চৈয়কপা থোইনা শাউ-রুবা তৌত্রে, মীগী কায়গদবা লৈরবদি ইকাই-ইকি থাদোক্ত্না মতেং পাংলে। চাংমী প্রজাগী কয়া য়াইফ-লমজিং ওইরক্লে। ইহাব চানবদা সোয়োনা অমুবু লাইরিক তম্বীয়গা "Guide for the illiterate girls' হায়বা Commitee অমা শেমজ্বুনা চাংমী লাইরিক হৈত্রবী মুপীশিংবু লাইরিক তমহল্লি। "Night School লিং থত্তুনা মুপাশিংবু Three R's কাওবা থত্তবা শুয়বা হোৎনৈ। মসিদা মত্তুনা Indian Family planing in the hills area হায়বা অমা হোৎনোক্তুনা চাংগী ইপা-ইমা কয়াবু য়াইক মুখাল ওইহল্লি। কয়া হোৎনজ্বুনা অরেবা লমদা লৌ মহৈ মরোং থাবা মানবা লম একর কয়ামরুম লেমখি। Agriculture অমসুং

Industries শী লম্বীদা মপুং ফাবা চাউখৎলবা হোৎনবা ওথরমখু চাউখৎহল্লীংবশী থাথাদি চেনহল্লে।

রানী লক্ষ্মীবাই, জয়মতী, লিহোইতম্বী, অহল্যাবাই, দুর্গাবতী, রেজিয়াবুদি গুসি ভারতকী ইতিহাসতা মরেক লানা ইহুনা শক শোন্নরি। অহুগা ঐখোয়গী লোয়োবুদি শোল্লরোইদ্রা, মিৎচিনা ফাওবা য়েংবিরোইদ্রা? "ঐভিক চাদে খোংনবদা, মগুন মাওনে ভাওবদা" হায়রনা থরুবদু "মমল য়ামলবা শক্তে য়া পাথক্লন মাওয়-পনবদা মমল য়াওরবা ঈশিং মরিক অমগুংনা পল্লরিবনি"।

---

## কুম্মাল

ভুরেল নৈতোই মরিক্তি য়ুম্বাল্লোম' কুপ্তরা, খুরাইদা খাওতেক্লা য়াম্বদি মারা খোক্লেমনা হেন্দর, চান্দা হকপা ভাওবা ঐগী ওইবা য়াবরা, খোয়াং ওইনা চত্তরা?

কুমহ্মবগী মথোদাং নোংদম্বগী মশিন্না শভিবু কালেন নোং-মণ্ডলে, ইঙা-ইঙেন নোংজুরে। লাইরম্বগী ইমুং, চরাম পোকপগী পলেম-পহো কয়ানা অরাবা য়াথলগা লোয়রনা ভাংজ মরাই লুক্তুনা য়ুমথোং লাননা চত্তুনা, ভরেৎকী শেঙ্গা থিরি, অয়াৎ-অপা হংদি। লুবাক মথুম নাইহনা, অচাং শেপাদা য়েত্তুনা, কৈথেল চুথেক মরিন্না কোম্বোল ভানা ভাওহনা, মীগী পৈশা পুহনা ললোনবদি চেং সের অমত্তমক মভোংই। য়ুমদদি চাবিনবদি কোক্লখোং অথা নৈদহোরি। মরোল অমনা ইথা জাক্লগা, ইপা-ফরুগা, ফুরিং নৈরগদি, খোংগ্রাউ ভুগদি, ফজবা নৈরগদি অহাউবা

চাগনি হায়বগী য়াখলদা তাউরি। অঙাংশিংনা পুকচেল শেংনা য়াখল লৈত্রিবা, জ্ঞান তাত্রিবা, লৈতা-লাইর, অরাৎ-অপা-খঙদবনা হুংঙাইবা য়াখলদা তাউরি। মবুক থম্না পীজবা ঙমদনা, মতিক চানা শেম্নীবা তোদনা, য়াখল ইথল খন্দনা মতিক চাবা মমা-মপা ওইদনা মচা মশু পঙপোক পোকপদি মমা মপাগী দোষ ওইরোইদ্রা? পোক্লবদি খঙলগা, থাক্লবদি খঙদবা, চাবদি হৈরগা চানবদি তানঙমদবা মীওইবগী মরাললি। "চন্না নাম্না চারগা, খোংদাই শেত্তুনা, অরাবা থাওদুনা, ইকাইবা খঙদনা, মমা-মপা কয়ানা মচাশিংবু য়োকপিবা, কালেন হুংশা খিদনা, ইঙা-ইঙেলগী নোং কিদনা, নিংথম থাগী উন খঙদন, লয়াই-কায়না পোৎলুম পুত্থনা, খুবাক কুয়োল হুমা, লপোল-ইতিক তোদুনা থাক্লবা, শেংনিংবস্থ শেংহল্লবা, চানিংবস্থ চাহল্লবা য়েংনিংবস্থ উহল্লবা, মীরক তিনবস্থ ঙমহল্লবা, ঐ-নঙ মা খঙলবা মতম অত্তুদা পলেম পম্মো কয়াবু মচাশিংনা কাউথোকপদি কাউজলথীবা মীওইবগী হোনশা ওইরবস্থ, য়ারোগনবা তাইবঙমা য়ারোবগী য়ায়েনবা তাইবং মপুগী চৈথেং কংলোইদ্রা? মচা পোক্লগা মমা-মপাশিংনা মচাশিংবু থাকপা ঙমদনা, পীজনবা লৈতদুনা মীখোঙ নোইহন্দুনা মীয়েমথাক চাহন্দুনা থম্বগা, মম' মপাশিংবু মচানা ওৎ-নৈদুনা, মীমাঙ থোক্লা কিরুক থুম, লৈকাই খঙনা মীমাঙ কমহুনবগা কমানা দোষ হেনবগে? অয়েম্লগা অয়ুংবগা লমজেল কমানা য়াঙগদগে? নোংমগী কোইরো মুমিৎনি। লৈচিন্না পোমায় লোম্দুনা, অতৎ অথম লৈতনা নোংনা ওয়ো ওয়ো চুথরক্লে। হঙোইনা লৈকুৎ লৈরায়দ' হুংঙাইনা অরাবা খঙদনা "গো" "গো" হায়না লাউরি। লৌবুক-লমহাং, প্রাৎ-কোম, ভুয়েনা

চিংবদা ঈশিংবা ইরুং লংবা চাংখৌ মাইনা লৈরক্লে। অগাং-শিংনা মখম-মনা ইচোৎ-চোৎ, মফি ময়েল ভুইং-ভুইং লোমি পল্লিংদা থয়াইকোকপী, মাওমেক থিবা মরী-মরী চৎনরি অমসুং অরুবা লোবুক্তা ঈশিংদা চেন্দুনা শামরি। অমংবা নোংমা অয়েপ্পা লৈতনা চুথরক্লে। ময়াং কংলম্বা ইম্ফাল নম্বুল, ইরিলনচিংবা ভুরেল মিক নিক লাউরে। ইমায় গোল্লে।

ইম্ফাল তুরেলগী কয়রবা নৈরাই অমগী মপাদা য়ুম অমা লৈ। থোইদোক হেন্দোক্লা লূ-মান্দে। মথক্তা কুপলিবা মনাশিং অছু ইচাই-চাইরে, য়াংতেক ফাবা য়াৎচেৎশিংদু হুংশিৎনা হুমদোক্লে, কুইনা নোংখাং চাইদুনা মতেক-মতেক তারে, মমাঙ্গু কুইনা শিন্দবনা য়াচেৎ পল্লিং পল্লিংদুদ তেরাপাইগী মচা মচা, মাপী পরেং পরেং অমমম অমিনি হোগংলক্লে, থাঙাবু, লোইথোম ইচপ্পচিংবদা ঈশং, কংলায়েল চবুল চবুল, মচা-মচা শোগংলক্লে। হায়কেৎ য়েংবদা য়াঙলেন পরেং অদো ক্বাকী মচিন্না হোগাইকম লৈত্রে হায়বা য়ারে। ইমুং অসি থোইদোক হেন্দোক্লা লাইমবদি নত্তে। লৌ-পম্মি অমা অমিয়োম লৈজরম্বা জাৎনি। ইশু শুদবসু নত্তে লৌ-ইথোল শুনা, হৌজিক্তি শুদুনা হোৎনজবনা চহি ১গী চানবদি কংজয়রবনি। অহুবু শুনা, নোমা-নোম্মা মোংম নোংমগী ময়েং তাশিল্লকপনা চারা কাওবা হেল্লে। ইমুং অসিগী মনা মপাদি চহি থুদিংগী মচা অমমম হেনগৎহল্লি। চহিগী শুবা নোম্বদি চাথোক্তি হেনগৎলকতে অদুগা চাবগী মশী-দি হেনগৎলি। চহিচহিগী অঙাং মশীং হেনগৎলকপনা শুপ্পগী অনিদা চারম্বা অদো হৌজিক্তি মী কুন হেন্না চায়ে। তেক্লা অমা চাবা শুম্নদবা অদো, কোংফু-থালা কোয়ত্রে, শিকি অমগী ভা লৈবদা চাবা

থদবা লুপ। ১০ দগী তারবদি থোইদা লৈংবা তীনগুমলৈ। চায়াগী পোঙপী পলৈম-প.স্বা অরাবদা য়াহিপলৈ, সুংঙাইবদা য়াতায়ে।

য়ুম অ'সিগী অঙাংশিংনা মা.ন্নল মাকথা অমিদ', মথোঙ য়াম্ব য়াম্বহুন' মশা লাকপ্রা হায়হুনা য়েংলি। অপিকপা অঙাংশিংনা চরাম চদংনহুনা নিঙাই হৌরক্লে পুংকক্ চাউবশিংনা "ইমা লাক্লনি" "ইমা ল'ক্লনি" হায়না থেম্বা ল:ক্লরি।

ঙাইহাক্তুং ইমুংদা চঙলগা কমু'দা হিপকদবসু নোং য়ুবনা য়ুময়াই অহ্ লোখোঙপা চপ মান্নবে। অঙাংশিংদো হিপ্পা য়াও, কপ্পা য়াও, থেম্বা য়াও মাজোল মচি মচিদা ভুম্পক ভুম্পক তাশিন্দুনা লৈ। অপাম-মুংশি খঙলবা', অথা অথুম চারবা, অথিবা কক্সবা উরবা, ঐগী মীগী খঙলবা পাখঙ ওইহুন. যৌবনগী ইপাক্তা তারুরবসু ইমুংগী অর অমাদি খঙদবা নত্তে। নিরঞ্জয় অহানবা কোকহন লাইহন্নি। মহাক্না মচিন-মনাওশিংগী ফিভম উবদা মপা মমাবু নিন্দা তৌরকই। "করিনো ঐথোরগী ইমাগা পাক্কিগনা তৌ'রিবা অসিবু অশুক অহল ওইরবা কাওবদা মচা-মশু শেম্নবগী রাখলদি নোংমতসু থরদে। অহুগা থোইনহুম মশীং হেনগৎহলবদি লেপত্রি। মচা অমত্তসু নীংথি সু'ঙাইনা লাইরিক তমহন্দে। ঐ অমসু লাইরিক তমহনবা ওন্নরোই হায়দুনা তোকহন্নে। মথোঙ মরমসু খঙদনা ইতিক ইপাসু চাদবনা ঐবু শেল তিংনা রানোমদুনা A. C. I. ওইহন্নে। তদন চারনি হায়দুনা ইমুংগী ভার পুম্বা ইনশিন্নে। মমিৎতা লাইরিক মরেক শুকউ-উদবসু নত্তে। শেল তিংনা Manipur Govt. না Family Planing তৌবিরু, ইচা-অমি অহুমনা ওকলসি, অপিকপা ইমুং সুংঙাইবা ইমুংদি হায়রহুনা কৈথেলগী লম্বীশিংদা থেৎলিবা অদো,

নোংকাদোকয় থেংনত্তুনা পাদবরা ? ইচিল ইনাওশিংনা ইমা লাক্লগা চাগনি, হায়দুনা ময়া কাখত্তুনা ঙাইরিবসে হোয়েল করিগুম্বদা অচা অথক লৈরক্তুবদি, মচাগী খোৱাংবা অসে কয়ম্বা কোকহনগনি। অসিগুম্বা মচাগী খোৱাংবগী অরাবসে উরুবদা পোৎয়োনবী মমা-শিংনা মশাগী ইজৎ য়েংদনা মচাগী অরাবা কোক্লবা নোংমগী চরা কংনবা শেলবু পীরবদি হায়দুনা .... ... ... .... । পুম্নমক অদো ঐখোয়গী ইমাদি য়াওরমলোইত্রা ?" পুম্নমক অ'স হে ঈশ্বর মঙহাকী দয়ানিকো হায়রগা, মনাউশিংবু চহী চহী য়েংলগা লুপা চৎপী নোট অময়ম য়েল্লি। থরা জ্ঞান তাবা অমা খল্লগা লুপা ১০ গী নোট অমা পীরগা হায়রকই—শ্যাম নঙ অহু পুরগা চেং য়াল্লুরগা চাক থোংদুনা চামিন্নরো। ইমা লাক্লগা তাদদি out post তাদুন চৎখ্রে হায়ম্ম।

"কমলাক (কল্লাক) কুরু শুংলবা, মকোক পোক হোয়বা য়ামাঙ্ক পরেং য়াওত্রবা, মমিৎ মনা চোইরবা মীনা মচা পোক্তু-মম্ম মচাগী মহৈ-মপাল চাবদি লাইরত্তুনা মচাগী মবুক থন্না পীজরবা কাওবা ঙমদনা দোষ লাঙশিন্দুনা পাপকী লম্বীদা পুম্ম তানবা ওইথোক্কবনি। হরি নাম শোন্দুনা লাইনিং লম্বীদা চৎলগদবা মীনা মচাগী অকপ অরাওখোল তাদুনা কামগী থবক্তা খোংদাবদি করি কায়নিংঙাই লৈ। মকম মরাং খঙদনা ইচা ১০০ পোকদবগী শরুকপুদি, মতিক চানা পাজল কল্লিতৈ মতম্দা ইচা অমা অনিদং পোক্লগা মতিক চানা শেম্বীরমলগা মপুগী খুবা তানখিবনা হেম্ম কৈ। য়াইকুপ মম অমা পুববুদি চেং মেরুক অমা পুবনা হেন্না ক'মৈ হায়বা য়ান্ন লৈ।"

নিরঞ্জয়না চৎখিবা ইকুট কুইদনা মখোয়গী মপা অহু-মক্তদা তুরেল শীংখায়রে। ঈশিংগী কল্লবা ঈরৈনা পোল্লবা

য়ুমহু ফুদেত্তুনা পুখ্রে। য়ুমহুদা লৈরম্বা অঙাংশিংনা ঈচেলগা লোয়ননা য়ারক-উরক কয় দা পুখ্রি খোংবাল খুদিংদা চেহ্রখ্রে। লৈকাইগী মীশিংনা মশাগী থবক থাদোকপা য়াওহুনা কয়বা ঈরৈগা লাম্থোক্নহুনা অঙাংশিংবু থিবা য়াউ-খ্রে। কয়বা ঈরৈনা তীল-কাও, য়েঙ্খাং নাপী, শা থণ জীব কয়াবু হাংখে, য়ুম কয়া থুদেকখে, শজোই কয়া ইন্দুখ্রে। জীবলম্মী অখোইবা মীওইবা বিজ্ঞানগী শক্তিনা, ঈশ্বরগী থুৎশেমবু লৌশিংগী জেলদা থগখ্রে। য়েংবিয়ু লুরবা সাগরদা মীনা চৎলিবা, কয়বা, য়োং লৈগুম্বা পেৎহ্লিবা, শারবা মৈ ঈশিংগুম্বা পাররিবা। ঈশিং কাররিবা মকম অদু খুৎশা হৈবগী থবক কয়া শীজিন্নহুনা থুনা থিংখ্রে। চেহ্রখিবা ঈচেলগী ঈশিংনি। মুমিৎ মরি মঙানিগী মমুংদা থয়া থয়া কংথরক্তুনা মীগী মযুংদা লৈরম্বা্রমযুম মযুংদা হনজিল্লখ্রে, তোর্বান্দা লৈরম্বনা চঙনখ্রে। মচা মারা কয়া অথাম্বদা লৈখিবা হম্বরক্রে বারি সম্বন্ধ কয়া তেংবাওব লাক্লরে। মতম অসিদা মিরক্লয়গী মমা তিলোত্তমানা মচা, মরাদা পাও পীখ্রে। শুগাম মচি অমদা পাকথন অমা থম্লগা লৈরহুনা, লৈকাইগী মী নেক্তুনা অত্তেকপা য়ুম অদু শীদোকপা হোরে। ঈরৈনা পুখ্রে হায়না থম্বা অত্তোম্বা মচা অনি অদো য়ুম তেকপদা য়াওহুনা, কাংখোল মথাদা চঙহুনা ঈশিংনা পীক থয়া চঙহনা মশা অদু মচেৎ-মচেৎ কায়-হুনা লৈরম্বা থেংনরে। তমানা মচাগী মতৌ উবদা নোং খোংবগুম মচাবু কোল্লুনা কপখ্রে। কুইনা ঈশিংদা তৌংউরবনা মশা অদু হেক পারখৎলকপদা মচেৎ মচেৎ কায়খিহুনা মমশিরবা মনমগা লোয়ননা হকচাং পোলাং অহু শরু ঙাক্ত ঙাইরে। মমিৎনা উমা-উমা মথাদগী শেংহুনা মচা অনম্থু ওরাংদা মৈমুংদা দান তোথ্রবনি।

ওসিন্থ মিৎকী পি ক ত্রিঙৈদা, ঙুংশিরবা মচাবু লৈরোল চনবা তায়ব্রা, পূম্নমক অসি ঐনা য়ুম থাদোক্কনা চানবা লৈতবনা মবুক পায়রবা ইচাশিংগী মতৌ উবদা থাওবা ওমদদুনা ভুরেল শিংথাইগদোরে থওনা থওনা মচিঙ্গাক খিবা চৎত্রিঙৈদা থোক-লম্মনিকো। মবুক থম্না মোংমতম্ব মীংথি ঙুংঙাইনা পীজবা ওমখিব্রেকো। ইচা হাৎপদি ঐনুনি-ঐ নীহাৎপীনি হায়না থংলাউ লাউরগা মরাইবক্তা খুত্তুম্না শুদুনা অঙাউবীগুম মশম মনা ফোই-দত্তুনা মথুৎ-মশা কয় কয় কল্লগা মথবাক্তা খুৎতুম্না বাক, "বাক" থাদুনা ও থোংনা কপখে।

অরাবগী মথক্তা অরাবা, মুংঙাইবগী মথক্তা মুংঙাইবা, সমাগী মথক্তা তম্ফা খিনবা, শরেং থোংবদা থাউ থাকপা, শৌগ্রি থোংবদা ঙারি থাকপা ঈশ্বরগী খুৎশেম অমম্ভুং মীওইবগী হৌনশানি। ভুমিৎ অহু মক্তদা মপুরোইববু মুপা মরিনা শগাই শারদুনা পাকথল অদুদা পুশিল্লকই। মচা কায়নবগী রাথলনা, মপুরোইবা উদবগী আশানা থম্মোয় লায়মন ওইরবী তিলোতমানা মমিৎতা পিরাং চেন্না অচুবা নোংনী মরক্তা থাজনা থরোবু য়েং-খওম য়েংলগা "করিনো" হায়না হংলমই। অহল ওইরবা অমনা "ইবুংঙো জত্রাগী য়ুমবু অসি নত্রনে হায়না পাউথুমগী মথক্তা রাহংনা নল্লমই। "মামি" হায়রগা তমানা মপি চদুম চদুম তানা চাগদবগুম য়েংলি। "ও" অদু ওইরবদি করিগুম্বা থরা হায়জগে হায়রগা শগায় শাদুনা পোয়ক্লিবা অদু থম্মগা; মকোক মঙক নোমদুনা অমুক্তং তিংলি য়াংলিয়গা কৈজা শারকপা খুদৈ মতেক অদুনা মমায় তৈথোক তৈথোক্কনা হায়বা হৌরকই "য়েংঙোই ইবেম্মা ইবুংঙো জত্রা অসি ঐথোরগা থোঙলোয় (থোঙবু)

ওইদুনা থবক শুবা চৎচবনি অদুবু লাইবক থীদুনা .... ... ... । মখাগী রাহৈশিং অদু তাদ্রিহৈদা তথানা "ইবুংঙো" হায়দুনা মথক কুপলিবা কি অদু হাংদোক্লুনা থরান মোংজুঙুম ঙহাক কপলুরবা মিৎস্নাদো পিরাংনা থুমহৎতুনা হম্না হম্না মপুরোইববু কোন্দুনা কপলুরে। জত্রা মমায় মমিৎ, মথোঙ-মখুৎ মকম থঙদনা চৌং নিংখায়বদা য়াওরুরবনি অদো ঙসি কাওবদা শিরক্লবনি। অদুবু ময়ুম য়োরে থন্দুনা অম্মানা তমাবু থাদোকে থল্লমাম্লে, অরোইবা মিৎয়েংনা অমুক্কং য়েংলগা স্বর তপ্না অমুক্কং হোল্লগা, মশা অদু থজিক্কং নোম্লগা হায়রকই "তমা নচাগী রাবনা থম্মোয় কায়রবনি, নখুৎনা ঈশিং খুজোক অমতা ইল্লু"।

মকোকী "তমা" হায়বা রাহৈ অদু তারম্লগা তিংলাতমানা লাইমথনা রাখল ফাঁখিদুনা "করি তৌরবগে" হায়দুনা হংজগে তৌরম্বা অদো। অহিংগী চৌক্লবা মীচীক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা, লোকয়ুংগী উ-রানা থল্লবা মকম অমদগী, মতম কুইনা নোংখাঙ চাইদুনা মকোল থোক্লুনা, ককচেংগী য়াকাবুং ওইরবা উশা অমদা মপাং কায়নরবা তাম্নানা, শৈশক চুম্না, থম্মোয় হূনা "তাম" "তাম" খোংজগে থঞ্জবনা, মশাদা ককচেংনা "কক" "কক্" চৌক্লখদা, উশানা থঙহৌদনা তেক্লবদা, মফম মরাং থঙদনা, শৈশক কয়ানা "তাম"—"তাম"—"তাম"—"তাম"-খোংথণ্ডম তমানা ইশ্ হায়না হৌনা লাউরম্লগা লৈমায়দা রাম্থখ্রে। রাগী শাগাইদা, চরুগী মোনপাক্তা, ইহিং—নাইহিং শায়বা; মশাদা কি অমতং কুপলিবা, লেঙ—খোৎপা রায়বা জত্রাসিংনা "তমা" হায়না থংকৌ কৌরগা মঙকথম অদু থিক্কং থাংগত্লুনা অহুম মরিয়ক হুংশা শর ফুম্না পিক পিক ইল্লমগা মমিৎ লাওনা

চাগদবগুম পাওদুনা লৈখ্রে, মিহুল লেপখ্রে। অম্মাবা তমাবু থাদোকলম্লে, পঙ্কভুতনা মাগী মকমদা, শিন্নরম্লে। তাইবং চেংজেল লোইদুনা থম্বও শন্না তামথরে।

মীওইবশিংমা মিৎ পাল্লি হায়দুনা ফজবা য়েংলিবা, না পাল্লি হায়দুনা সুংঙাইনা তাম্নিবা, খুৎ পাল্লি হায়দুনা অপাম পাম্নদা থল্লিবা, শেল পায়, মরুপমপাং য়ামম্নি, পাজল-কল্লি, ইহৈ-ইশিং হৈরে হায়না পোওলিবা, যৌবনগী পুন্সিন্নি হায়দুনা সুংঙাইনা চুংশি ইপাক্তা ইরোইমিন্নথিবা, সুংশিবা শক্লি, অদাম্বা পোৎনি হায়না চুপনম্নিবা। কম্নাম কুইগনি, তুংদদি অশিবা লাইনা কাগদবগী মথুং থংগত্তুনা চঙশলক্লি।

---

## মিলন

চহি ৬-৭ লোম হোৎত্রবা মতুংদা নীলকমল মীরৈবাক্তগী F.R.S., London, First class first হায়বা tittle গা লোয়ননা, অহল ওইরবী Nurse অমা পুরদুনা মণিপুরদা থুংলরে। মতম কুইনা মীরৈবাক্তা লৈরম্নবা মতুংদা, নোংমা ইথও থওহোদনা মচানা মাইপাক্তনা অশোই-অঙাম য়াওদনা য়ুম্নুমদা থুংলবা অদুদা হায়কদ থওদনা হয়াওখি। অদুবু মপুক্লিংদ করিগুম্বা থরদি সুংঙাইতবা পোকখি।

General Hospital দনি ডাঃ নীলগী মমিং অমসুং মরোশিং তাবদা সুংঙাইনম্নি। মতম কুইনা নারক্লবা অনাবা-শিংনা মাগী মগুণ তাবদা শিরোইদবোই নীংই; শাংনা নারক্লবা

মীওই কয়া অনৌবা আশাদা ভাউখ্রে। মখোং তেক্কবা মীনা চিৎলা ওয়্গদি, মদিৎ ভাহবা মীনা উবা ফংলগদি, মবা পওবা মীনা ভারগদি, অযাবশিং করগদি হায়া মীংবখ্রে। মখক উনীংজ, য়ায়া ভানিবেনা ভাইওমখ্রে। এমাপী ভোবাক্তা হিপনিবা অওাংবু বৈঁদোক্লগা মযাশিংবা মওক থুকথুনা রেংবা লাকরি, চাক চাঙ্কুক-শিংনা চখোম থাকথুনা কোইতান-ভায়চন য়েংলি, বৈশাবীশিংবা মীহখোওদা মুয়া মুয়া ইকাই ইকাই যেংজরি। ডাঃ নীলনা মথুং মথুং অযাবনী কাশিংদা চওলকই। নোনা চওলকপা পর্স অমা য়ায়া থরাই য়াওনা অনায় অমা লেবা ভোরি। মথং মথং চওলকপনী নীলকমলন পর্স অহুনী কা অহুনা থুংলয়ে। ঙাক্তা পর্স অহুনী থবক্তা থরাই য়াওবা মওং অহুনা পেনচুথা শেগায়রবা Diary য়াওবা থাউ অমদনী মনায়ী Medal অমা পোথকুনা পীয়ে। মহাক্তা Medal লোথোক্তুনা পীবয়া শেগায়রবা; মনবা চেক্কেৎ অমা লৈমাইদা ভাখি। নীলকমলনা মথং মথং গংবরা কাশিংবু য়েংবা অমন্থং থরাই য়াওনা থবক শুবশিংবু মমা পীবথা থোকখ্রে। ডাঃ নীলকমলনা থোকথবা মতুংদা পর্স অহুনা Medal অহু হনা হনা য়েংজরগা, ডাঃ বাবুনা চৎথিবা অদোমদা থোওনাও হাংদোক্কুনা রেংখি। ঐহাক য়েংভুরবা মতুংদা মযায় অহু হেক লৈশিনকপদা লৈমায় মথক্তা চেক্কেৎ অমা ভাবা অহু থুনগত্তুনা পাখি অমন্থং অহুমা ইরবা থেংনখি।

জাং।। ইং তুমিৎ ... .... ... মতম!

য়েন্দাইনী লৈশ্রু ওইখ্রিবৈ,
মাশিনিমত্র অভোয়মা কৎখ্রিবৈ,
মও-ঐ মিথম ওইবখ্রিকে।
লৈপাকখ্রে।

পন্স অতুমা মপুক্সিংগী খরকই, কুইমা মীংলবা পুক্সিংগী অপাবা, কোওদোকপা ওমদতুবা লৈরবা মতম খাংলো, পামজা থোকপা তমগ্রবা ইভোকতা ওইবমা। অতুবু পাওথোকপা ওন্নগ্নি থমুবা ঈশ্বরনা থব নিজবা হোবে। হে কমলকো মপু, মনাইগী মীংথা অসিমদি খুজলবিয়ুকো। মতম কুইমা লৈরোন পুংদা লৈরুম্বা লৈবাকলৈ ওসিগ খাপাগী লৈরাং শাংকাইরে।

ওসাইমথৈ মরোল মরি থওদনা জ্ঞান ভ দনা মমিং উই-শিন্দুরবা থানাবা অতুনা মমিং থকিক থকিক পাওথোকলকই। মহাক ( পন্স ) অতুনা উথোওগুম চপ লেপ্তুনা লৈরম্বা অতু উবদা মচিন্না হায়রকেৎ নোক্নগা য়ায়া য়ানা য়া ভাওগদবগী ময়া কাথো-য়কই। য়ায়া য়ানা হোৎনজতুনা মওপাক্নবা মীথী কোবওম “প র-স” হায়না কৌরকই। ওহাক রাথলনা জ্ঞান তাদনা লেপ-নুরবা মতুংদা পন্স অতুনা অনাবা অতুবু য়েংলকই অমসুং মপানা কমনিংবগী মতৌ অতু উবদা চওশিগ্নকুবা শোগৎপি, অনাবা অতু জ্ঞান থরা থরা তায়রক্নমান্নে, য়া ভাওবা হৌরক্নে, “নও কনাবো” ? অসি হায়রগা মমিং অতুনা পন্স অতুবু চাংগদবগুম য়েংলি। পন্সু অতুনা মোন অচৌবা অমমা অনাবা অতুবু শোগৎপিরগা মথুৎ অনিহু গুক্ন গুক্ন নোইরগা ইকাইমা মোমোব বৌকপা মীনোক্না লোয়ননা য়েংই। অতু নওনদি মাগী পাউথুম লৈক্রে-মান্নে। অনাবা অতুনা চিংবা অমুক্তং য়েংলগা মথুৎনা খিন্নতুনা থংকো কৌরকই, “লৈবাকলৈ-পিশক”। ক্নমসুং শোন্নাংননা লোই-শিনখি। মহাক্না “নওমা মকম অসিদা ক-র-ম্না” হায়রগা হোগংবে ভোবদা মথোও অতু হিপ্নিবা কাংথোলগা পাদনা পুন্সুনা লৈবা অহ উবে। খাদৈপেৎবা জ্ঞান ভাবে, মহাক মথোও

নাম্বা অতকপা কিতমদা লৈরে। মতৌ করম্না মহাক্না মথোক অদু শোংজিবনো হায়না হংবা হৌরক্লে। মতুংদা পর্স থাদুনা, মমিং অদু ইথুক তুকথরদুনা হায়রকই,—"উকিল বাবুনা ফাঁসি তৌগ-দোরিবা ডাকু অমুবু কাওরবা উকিল কয়াবু যায়থিবা পীদুনা কনবিখিবা অমসুং ডাকু-অদুদি ডাকু নত্তে সাধুনি, মহাক্না হৌজিক চৌমী প্রজাগী চাওথোকনবা তৌবতা মতুনা হেক্তাইদ-শিংনা লানহৌবা লেপথবসু হোৎনরি হায়না থাগৎখিবা। অদুগী মতোমদা কেপ লেপলম. মীওই থরনা বাবুনা মুখ-লোমদা চন্নকপদা লখৈদা নোংথৈনা কাপলক্লুমা থোকখিবনি। লাইবক ফবদগী থবাইদি মাতহোদে। "ঐবো" হায়রগা অনাবা অদুবা কী য়েংলিবা ঃথোক অদুবু মখুৎ অনি চঙলদুনা কননা চিংলুরমাক্লে "ঐয়ো" হায়রগা কমুং অদুদা অমুক হাইথখ্রে। থুদক অদুমক্তদা মপানলোমদগী ডাঃ নীলকমল মকোক কায়ং-রদুনা পুশিলকই। অনাবা অনি অদুবু লাইকয়বা মী থরা চঙখ্রবা মতুংদা কা অদু থোক লোনশিলথরে। তাঙা অসি মক্তদা মকোয় চোমবা মুশিল মুবা হুপা অথবা হুপী অমগা লাকখিরদুনা থোক অহু "দত" "দত" থীদুনা উকিল বাবুগী কাবু আসয়া হায়না হংলরে। পাওথুমদি শীরকক্তনা মহুংদগী Silent please-Silent please হায়না লাউরকখি।

---

## চিংজননা ঙম্মুংতাকখোম্বা (চ্যুখোম্বা)

মরোল চোংথংলক্লবা প্লাস্বীনা লোংমৈ-লোংমগী মপুঙ মরৈ কায়রকপা হেনগৎলকপগুম অনাবশু লোংমৈ-লোংমগী হেনগৎলক্লে। ডাঃ নীলকমলনা, ময়মহৈলগা লোয়নবা কমুং অমত্তদা অরাবা থাওনি। মীনা মথোয় অনিবু চিনক্নো কমুং ভোঙাল-ভাঙাল হিপ্পুদনা হায়মগা ঐদি মরুপ্না হিপ্পা কমুংদা হিপমিয়গনি, চাবা পুথম অমত্তদা চাম্বিয়গনি, চাক্লে তোকনি, চৎলে চৎশিন্নগনি, চৎক্লে তোকনি "হায়না থুমই"। নৈবাকটেপ পসনা মথোয় অনিবু চপ্‌ম্যান্না মুনা লেবা তৌই হায়বা য়াই। মহাক্না চাক পীজবা মতমদা মথুংনা ইন্দুনা পীরে। মমায় থনিং তৈথোকপি, মথেঙ মথুং হাম্দোকপি। মীচঙ মীথায় নাই হায়থিনি হায়দুনা য়াম্না রানা হোৎনরে। অমুক নীলদা হাননা চাক ইমবদি মুশিবাং ময়দা চাননা ইরি, অমুক ময়দা হাননা মথোঙ মথুং হাথিয়বদি মুমিদাংদা নীলদা হাননা হাথী। মহাক লোংমগী লেবা তৌবদা অরাবগী মহত্তা মুংতাইবা। অমুম অমুম হেনগৎলক্লে। মহাক মথোয়না লেবা চাক চারে, লেমক্লগা তোকলে। চবা হেনবদি য়াক্লে, লেবা তৌরবদি থাওবা ওমক্লে। মপান ইপান থোকপদা মহাক্না ময়াই থংলগা য়েং-ওইদা মথোয় অনিবু কোম্দুনা পুই। অহাংবা মতমদা মথোয় অনিবু অচিকপা মকমদা পুরগা ঊংগ নেংমায় শকুনা তাহল্লি ⊥ কুরি করিগুবা কান্দা হেক হেক শাউশিময়গা মথোয় অনিবুম্ন লক্লে। কাম্বী তৌবা মতমদা কোচি থাংবা কাম্বী তৌই।

নীলকমলনা লোংমা মাবা কয়রুনা মমুমদা চৎথিত্তৈদা নৈবাক-নৈনা মথবু চৌকি অমদা কমহল্লগা অবাবগী মথোঙদা য়েৎলিবা

থেঙ্গেক অদু লৌথোকই। মহাক্না রজবু মখোঙ পাল্লনা লেমা ভৌবনদি করিগুম্বা অমত্তা নীংশিঙলক্কে। অদুবু ঙসিদি করিক্নবা থন্না নীংশিংলক্লে। মহাক্না নোংমা রজগা লভাগা লৈ হকলদুনা লৈরম্বদা থনথিবদো, "ঐহাক্না শাবী শামৌশিংবু পুন্সি লৈপক্ন ঙহৈহনগে", হায়বু কদায়। ঙসিদি লভা মপুরোইবা অমা কংদুনা সেম্বা ভৌদুনা লৈরে. ঐনা থেনঙ্গনা মাগী কুংশি ইচেল লেপ-চনবে। ঐগী আশা কায়রে, শাবী শামৌ অনি থুংনরে। রাথল ময়াম অসি থল্লুরবা মতুংদা লৈবাকলৈমা রজগী মখোঙ অদু মরাইবক্তা থাজংলগা মপি চত্তম চত্তম ভারঙনা লভাবু নীংশিংলি। নীলকমলনা ভাঙ্গা অসিদ মপান্দগী "স্বরূপ চয়েংদি ঐথোয়দা চাক চাক্লসিকো" হায়রগা চঙশিল্লকই, অমত্তুং লৈবাকলৈগী মতৌ অদুদা চিংনথি। থিকপোই লংনা লেংথ্রবা মুংশি লৈরাং পরেং, শেমথ্রবা, মুংশি শীঙ্গেল মাচোম, থুইথ-পথংক্লবমু, পাক হেক ভংপা, শেগায়রবা য়ারোই কল্লিনা হায়ববু থম্মোয়দা নীংশিং নীংশিংদুনা শেম্বা, লেংবনি। অদুবু .... ... ... ... ...।

রজমহলমা নীলকমলগী মমুখদা চাকোবগী চাক চাবা লাকই। কুইনা চঙঙক্নবম। মহৌশাগুম অদুম লৈরমই। ভক ভমাল্লি। রজমহলমা থোঙভীল লোথোকপা মাকোল কাথং-কনবগী সাক্লরি। নীলকমলগী মমানা "কৈদা কৈদৌই" হায়গে হাওজসমু কাথংলকউ কাথংলকউ হায়না কৌথংলি। থঙইনা ভাশিমদনা রজমহলমা লৌথোক্লগা কাথংলকই। মাগী মতৌ অসি উবদা নীলকমলগী মমানা থনথি,—"অঙাং ঙইরিজেদদি লংকা ক্লরমদি, চাউরক্লবা হায়বা অমে হায়রেকে।" মাকোল হেক কাথংলকপদা রজমহল হুচু থি, "জিমকলভাগা লোয়নন। মর অমগী

কোটো অমা চাওনা ফ্রেংলেন্দুনা থেংনস্বা অহু উবদা" লৌহৌনা মপুক্কিংদা স্মৃতীগী ইচেল অম চেল্লকখি। মানা নোংমা লভানা অয়ুক্তা লৈ লেংলিংলৈদা শাকৈনা কনখিবা, মথোয় অনিমা লৈ হক্লখিবা মথং মথং নীংশিংলকই। মানা "পুংশি খুদোল" হায়না পর্দ্দায়দা থাক্লনা লভানা লোনখিবা পর্দ্দার (পর্দ্দার) অহু ওসি পুথোক্লনা নিংতোল কাগী থোঙদা থাদরি। মাঙ্গোল নাকথা মচি অমদগী য়েংবদা উরি—মানা নোংমা লভা লেনগদবা পুগিস্তা খুজাম-তৈজিল্লকপা লফু মথেওগী মফম অদো। অতবু লভাদি উবা কংজ্রে, ওসি মুমিং অসিদা। থোং-থাকপা লোইরতুন পুজারিনা ইজিং পীরক্লবা মভুংদা নীলকমলনা রঙ্গমহলবু চাখুম কা তাননা পুশিনখিতুনা চাগদবগী ফমথনথরে অমসুং সিনা হাউগনি, সিনা থুংগনি, সিনা হানবা চাসি, সিনা কোলনা চাসি হায়তুনা চাক পুথম অমত্তদা এঙ্গাং মহি হৈথতুনা, ওা মতোং থন্দুনা, অহাউ অহাউবতা থিতুনা চাবা হোৎখে। চাক চাবা হেক হোৎনলকপদা মপান্নগী লভানা—"ইমা ভাচোগা নোং কাদোক লাক্লনা মাগা থঙনদবদগী দশা তারে" হায়বগা মকী ঝন ঝন লাওনা বাসকেট অমা পায়রতুনা চঙলকই। নীলকমলনা মথুংনা চাক চথোম অমা পায়থৎলগা মপি ইয়া চেন্দুনা রঙ্গমহলবু য়েংলগা কোল্লুনা হংলকই "নও লাকলিব্রা? লভা"! "কুইনা কংউরবা প্রেমগী ইচেল-ইহৌরব্রোইব্রা?" লভানা চওউরবনিনা হন্দোকপদি মাদে থস্মোয়দদি "ভিও," "তিও" চোতুনা রঙ্গবু য়েংলগা, করি কৌগনি, কৌজ্রে করি থনখিনি হায়বা বাখলনা চমমনতুনা মবুংগী বাহং অহু "উন" হায়না খুমই। ইরোন মুংদা লৈরিতৈ, থরো ঐগী ওইরমই, ঈপান লাংনা শাৎথরগা, থোইমু মাগী ওইথরে, লৈরাং মানা

পোমলিবৈ, কুন্নাক ঐগী ওইরমই, শীতেল মানা শাৎখবগা, খোইমু মানা তোংখরে। মুংশি কায়না মৈরিনা, অপাম শেৎনা রাবনা, খম্মোয় চাকপা ওইরেদো, মোন্নাং খাগী লৈরাংদো, নাপ্পা (নাপপ) লাননা চিনখরেদো।

---

## কতোখ্রোকপা

পুখি, পাৎ, খোংবাল,
চোম্নে, নীলকমল পাম্বীনা,
'মুবু ঐগী খম্মোয়, পুখি, পাত্তি,
মরোল চোংখিত্রে, লৈশাৎ তমখিত্রে,
ইরোল মুংদা পোম্নগা, ইপাল লাননা শাৎখিত্রে,
উবি খণ্ডবিদনা মাণ্ডখিদোরে।

ওসিদি রঙ্গমহলগী Birth-day মুমিৎনি। Birth-day Celebration তৌবা অসি মাগী পুন্সিদসু, মণিপুর ইতিহাসতসু মসিনা অহানবনি হায়না য়াই। হায়কেৎ কজনা শীল লাণ্ডই, মীরৈবাক্তী Birth day Celebration দগী থোইনা পণ্ডতা ভাদে। অচৌ অচৌবা কম পাইবা, ভলব চাউনা চাবা মরুপ মপাং কয়া লাক্কুনা মানা মানা পৌনীংবা খুদোল পোৎ পীবা হৌনখরে। মরুপ মুংশিবগী প্রেমমা খল্লবা লায়রবা মরুপ মপাং কয়াসু লাক্কুনা অচম্বা খুদোল পোৎ কয়া লোননা লোননা ইকাই ইকাইনা লানমবা য়াওনখ্রে। মতম অসিদা নীলকমলসু লৈবাকলৈবু রঙ্গমহলদা পীথোক্লগে খন্নহুনা লৈবাকলৈগী খুদাও পায়রহুনা চণ্ডলকই

লৈরাকলৈ ইকাই ইকাই মখুৎ মাস্কনা ওকশমদগী লুপাগী মরী অহু অমাং মচাওম চীক চীক্‌না মতুং ইল্লকই। মঙগী মশাক য়েংবদা নীলকমলনা লৈবাকলৈবু য়েংগনা হায়রকই, "লৈবাকলৈ এৈ নচোঙা রা অমা হায়গে মাগত্রা ? মায়োইত্রা ? পুক্কিং চুজুং হন্নাওনা লৈবাকলৈনা খুমলকই "মগুনা হায়রবদি মাগনি"। নীলকমলনা হায়রকই। লৌবিয়ু মরুপ! ঙসিদগী চুংশি খুদোল ওইহনা, অপাম পোৎলান ওইদুনা, চিংনবা লৈতনা এৈগী থম্মোয় চাক্তাকম, আশাগী কাইদোংকম, কুইনা মীংজররকপা এৈগী পুংশিরবী লৈবাক লৈবু। অসি হায়রগা লৈ পরেং অমমা রজমহলগী ওকশমদা হুকহনখে। ডাকু অমুম্ব খুদক অসিমক্তদা সোয়েজিনীগা লোয়-মনা চঙলক্‌না হায়রকই, "উ কল বাবুনা ননাইগী থর ই কনবিরে, অমুক হমা পোকপিরে, এৈগী পুন্সি অসে, মতম্ব কচ্ছনিংঙাই লৈজনে, ইমামক্তি খল্লবা, মাগী বাখল মতুং ইম, থোরন পরেং পাংহনা, লৈজররকপা ডকু অমুনা ঙসি মরাতিগী লৈরাং অসিগুম্বং মন্তুনা। অসি হায়রগা সোয়েবু রঙগী মথুত্তা শিমগে ছোই। নীলকমলনা রজরোমদা মথায় ওনশিন্দুনা হায়রকই মরূপকী নকমদগী খুদোল অসিমদি শিজরগে। হায়না অমুনা হায়বা লোইকাৎ ত্রিবৈণেদ সোয়েবু মখুৎ পায়রদুনা চিংথোকখরে। সয়েো রা অমম্রা চাংদনা হংনা শাবা মীগুম তোরিবা থুদিংমক্তা মাখরে। অমোইরা মিৎয়েংনা সোয়েবু অমুক্তং য়েংলগা তপ্না তপ্না অমুগী মখুৎ পায়রদুনা হায়রকই, "ইজাতিগী লৈরাং অসিমক্তংদি থাজকুয়ো পুক্কিংগী অশেংবা মফমদা, কমিগুম্বদা লৈয়া না লৈচা। থাইরবা কান্দা পীবিরকউকো মালিনীগী শরুক ওইনা, এৈগী মক্তাদা, শেমহজগেকে লৈরাং চারা অদো।" "থাদোকখয়ো। নঙগী চুপীবু

ইম্মাগুম নীল্লুনা, হুইগুম মানা হায়বা ইমখদো; শেমজয়ো ওসিদগী ওইরবনি মথুৎকী লৈয়াং"। অগুম্মা হায়দুনা সোরোখুহ্ পাঙল অমুদা পীরে। তাঙ্গা অসিদা ৮তানা থুমুখরংগুম মমমহৎলগী মখোঙ হুম্মা পরপ পরপ চঙশিনখিদুনা মখোঙদা মিৎকী পিনা তপ তপ তাহল্লগা হায়রকই, "কচ্ছমিংঙাই লৈতদে অতোম্মা অমা, নখোঙ থম্বালবু মিৎকী পিনা চামদুনা মিকুপ অমতং য়েঙ্ক্লবা নত্তুমা, কচ্ছগে মপোক অমদা পঞ্চভুতকা লোয়মনা এবী ৎঙাই মঙা অসে ... ....। ময়াম পুম্ন ক্লা করিনো হায়না ভুমিন ভুগিন মহৈ-মহৈ য়েংনদুনা লৈরে। মতম অসিদা মথুৎ মাওঙ্গ্রবা অমোৎপা পুলিসকী ত্রেস শেৎপা মুপা অমনা থোঙ্গাম্লোমদগী সোরোঙ্গীনীবু ওসিমক এবা মবুং শক্তুনা লুহোংগনি হায়না লাউরদুনা চৎকই। মহাকপু উবদা ময়াম্না ইরাং-লাংনা অমগা অমগা "জুরু" "জুরু" হাঙ্গমবা হোৎক্লে। ময়ামগী মরক্তগী মৈনা চাকলুবগী মমায় কাহৎলবা অহল অমনা মথুৎ থাঙৎলদুনা হায়রকই, "কনবু তান চারে মানা হায়রিবৈ অসিদা লৈবাকৈদু হরি সঙ্কীত্তনগা লোয়ননা লুহোংহৌরসি" "য়ারে" "য়ারে" পুংশিবা মরুপ্ন হায়দুনা পুপীবু কোক মাহৈ অমা অনি হাংরগা পীথোকপা অদুম্ন কাগি মাল্লি। অদুনা হরি সঙ্কীত্তনগা লোয়ননা মতৌ মাননা লুহোংদুনা থাজসি হায়দুনা অঙল ওইবী নংস অমনা মীরক অদুদা বোইচেন চেন্দুনা হেক লাউরকই। নীলকমলনা "করে" "করে" ওসিমক লুহোংনবা হোৎনরসি হায়রগা পুংমৈবা, ঈশৈ শকপা কৌহুনা লুহোংবা হৌহনখ্রে।

মতম য়োরক্লবদা মথুৎ য়াওঙ্গ্রবা মিরগ্ময়না পার্তল অমুবু ব্রহ্মা সভানী মতুং ইম্না শেংদোকলুরগা বরগী কমকাংদা কমৎলুমা

লোয়েবু মচল মুপী শক্তনা কন্যাদান কংগ্রে অমসুং নীলকমলদু লৈবাকলৈবু মচল শক্তনা মরুওইদনা কন্যাদান কংখে। বয়সী কনককদা ওহোক কুম্মরবা মতুংদা করমহৈদনা লৌগৎতুনা হায়রকই, "অংগুংগী মরাদ লোকশিন্নুনা লৌকিক লেন্দগী মথাঙ্গা চানবিন্নুনা লৌখোকপিরু, মহাক মমাগী প্রেমা কনবিন্নুনা ১'ম নীলকমলবু মশক থংদনুনা মকোক থুগাইরবনি। নীলকমলন্থু শোকবিন্নুনা ১দিনমাথবদা কংমলবদগী ওপরেসন তৌবদা শিখিবনি।" মচল্লা মথা হায়খগে তৌরকপদা অংগুংন্থু অমীলনী শংতুনা লভাবু কৌরন্নুনা চৎলকই। মরাম্না থুবাক থুন্নুনা লাকলে লাকলে হায়না খুংঙাইবা কোংদোকনরকই। মসম্নু থুবাক থুন্নুনা খুংঙাইবা কোং-দোকলুরগা লভাগী থুদাং পায়ন্নুনা হায়রকই, "এনা লভাগী লুহোংবা মাওহোদে ১সুং থঙহোদে। অন্নুনা ৩সি এনা মকু শক্তনা অমুকহন্না লুহোংন্নুনা থাজরবনি হায়ন্নুনা লভাবু অংগুংগী চুকশমদা লৈ হুকহনখে। অমাগী লোপাই তৌজনিংবা থনা চিলতাদি "twice Marriage" তৌরেনে হায়না লোকপন্থু মাওই। লুহোংবা লোইরবা মতুংদা নীলকমলনা অহল ওইরবী নর্স অন্নুদা কন্যা ওইরিবী মুপী অদি অন্থু মচা মুপী লৈবাকলৈ ১সুং লোয়েরোদি হায়রবা থঙহনখি। মমা মচা থঙনমন্নুনা কপ কপ্তুনা খুংঙাইবা কোংদোকনরিবৈদা মমায় কাহৎলবা তুপা অন্নুনা "মামীমী। মরাল লৈজরবী মামীনী" হায়ন্নুনা কি অমনা মমিৎকী পি অন্থু তৈথোক তৈথোক্তুনা চৎলকই। মরাম্না মহাকপু মামীমীগী মপুরোইবা শ্যামবাবুনি হায়না থঙনখি।

নীলকমলনা ডাঃ সেনগুপ্তনা পীরকপা চিঠি অন্থু পাংথোক্তুনা মসামদা মতৌ করম্না মামীনীগা নর্স (Nurse) ওইরম্মিবনো হায়রবা অন্থু থঙহনখি।

চিঠিগী মখোলদি মসুমক্তা পাথোক্লকপি ঃ—

তোঙ্বিবগী থওলবা মরুপ !

মতম অংদা ঐনা মণিপুরদা লৈরিবা মতমদা শুদ্ধিনা মরী অমা তাওহনা, লম্বীদা কোয়চং চংতুনা লৈরবদা থেংনখি। ঐনা মাবু ইস্কাল হোসপিতালদা পুশিন্দুনা লায়য়েংখি। ঐগী মতম লোইবদুনা য়ুমদা চংলগে ফোরকপদা মাগী মওং মতৌ অহৌ ওবদা থোইদোক্লা হুংশিল্লা পোক্লদুনা মহাকপু ইয়ুম তাদা পুরক্লুনা লায়-য়েংখি। ঈশ্বরগী থৌজালদগী করক্লবা মতুংদা মহাকপু ঐনা মর্সকী থবক তম্বীদুনা ডিব্রুগর হোসপিতালদা থবক তৌহনখি। মহাক্লা মণিপুরদা থোকপিংবগী অাশা ওয়য়ুবদা মণিপুরী মচাশিংদা মাবু পুদ্ধিথিনবা হায়জখি অদুবু করা অদুমক মায়থিদে। মতুদা ঐনা য়ায়া হুংঙাইজখিদে অদুবু ওসিদি ডাঃ বাবুনা ঐবু থবক্তা মরেং পাংখি-বখতা বত্তুনা ঐগী অনোংবা অহুনু থুংহনবগীদমক হয়া হুয়া থাগৎ-চরি অমমুং মতুংদা মাবু ইথাওয়া সেবা তৌবিয় হায়না থৌংশিং জরি। ইতি

মহাক্কী মরুপ

Dr. Sengupta (ASST. SURGEON)

Dibrugarh

ময়াঙ্গা হরাওবা, লুংঙাইবা, অকিবা, চিংনবনা থমবা থোদোক অহৌ লোইশিনখ্রে। সোয়োজিনীম মথোত তপা তপা থাংদুনা মমগী মতুং ইনখে। তাঙ্গা অসিদা নীলকমলদবু ;য়েংলগা বামীনোমা মথা চিক্লুনা থুদুম শিংখি। নীলকমলদা মজবু ঃ ওক্লমগা মপুক্লিংদা কল্লিওবা থমা থমখি।

হৈয়াং পাথী অমতং, লৈয়াং চায়া অমতং মতম চত্তনা হোংবদুদা, থবাক য়াওবা থাজবা, লৈকোল থেথা হৈত্তবা,

হৈকোল শেৎৰা ওমদবনা, মতমসু চাইৰিদবনা মালিমীলা শিৱখে। অহুবু হয়েং লৈরাংছুনা শাংনগা, হৈরাংছুনা পাল্লগা, ঈশ্বরদা কংপন্না ঐমীথি মহৈ কংলোইৱ্রা।

---

## লমৰন

ইথুংনা থাজবা হৈরাং, ইশানা শেমজবা লৈরাং, মতম চারৰুনা মহৈ মরোং চুন্নবা. লৈরাং-লৈনম চেন্নবা কান্দা, ইশানা চাদনা ইনাদা চিন্দনা, ইমিংনা য়েংদনা অৱাপা কনাদা, অপাবা মীওইদা পীথোকপা ওন্নবা, চিংনবা লৈতনা, থোইরাংবা তৌদনা কৌরোইৱ্রা অচৌবা মী? থাগৎনরোইৱ্রা? শোন্নরোইৱ্রা? লৈবাকমচা তারোইৱ্রা?

ছুমিদাংৱাইরম্মি। মুমিংনা মোংচুপথংবা চীংদোলদগী য়াইওং মানবা মচুনা উত্তোন-বাত্তোনশিংদা য়েংলি, লৌবুক্তা কোনানা মাদংগী ঈপোমদা জগোই শারি অৱাঙা লৌবুকী লৌরক্তা উথুম্না "তুম" "তুম" খোংলি, লৌরি অমদগী লৌরি অমদা শলংকান্না "ত্রেট" "ত্রেট" হায়না কৌরক্তা পাইরি, চরাং পরেং-পরেংনা অশংবা কোনা অমদা অমুক তোং অপাবা কৌদা অমুক তোং কোইপাই পাইছুনা শামরি, চরোইনা শখল, হাবুংদগী খওহোদনা পাইশিল্লক্লুনা লাক্লুনা ফাদুনা চারি, লৌরকী কৌরক্তা ওত্রা; ওয়ু, উকাবীনা "তুপ" "চাপ" হায়না লৈরায়দগী ছুমিৎ-কাং ফাদুনা চারি, ঈশিং কুন্দো, কাকথুম, তোথুবা কৌরক্তা হাইনা হাইনা ঈপোমদা শামরি, নাউশেক, থরাইকোকপী, ঈশিং মপীনা কোয়না ২ তামবি, কৌজেং হারোমা নাপী কৌলদা কপছুনা ঈশৈ

পক্নি. লৌমী কমানা মাঙগী মাবু কাউহনা খুৎশা থেক্‌না কৌপোৎ মশীং পীম্নি, চুম কমানা লৌম্নি য়াম্দুনা লু, লাং, থোই, পাক্‌না ঙা কাম্নি থগজেলনহাশিংনা লৌবুকী ঈশিং খুজোক খুজোক থক্‌না "ওয়াংদি শুঙৈদা সুম্নিৎ তারে" হায়চনা চিজোই লবুকী পাউমেয়ম্নি। নীলকমলনা অ'সগুম্বা হুমিদাংবাইরমগী দৃশ্য অসি য়েংউরবা মতুংদা নিলকমলমা Laboratory কা অমগী থোঙনাও মপাদা চৌকি অমদা কমচুনা লৈ। মপুক্কিংদা মওব মওব থরকই, ইচল লতা হাওদা থাজবে, সেরো নিরঞ্জনগী ফুংশি ঈচৌ মুসলমান্না তিনবে. ঐগী ফুংশি লথজীং লৈথাকপৈ, খুদাং পায়দুনা মরুপকী মকমদা শিন্নব্রে, শুম্ময়ক ওমা তৈনমে. ফুংশি লেৎনা থায়শরে, অপাম চাক্না ফুনজ্রেকো মপোক অসিমদি। অদুবু মীওইবগী থম্মোয়দি ঐগী ওইশীংনবা কনা য়াওবগে টু মীওইবা হায়বা অসি অয়াম্বনা নীংবা কায়রবা,— অপাম্বা মুক্‌ত্রবদি থম্মোয় অদু য়ায়া শীকথিব। অমা নত্রগা চউথোকপগী য়াথল অমা হেক হেক লাকই। নীলকমল হায়দগী হোৎনা পুকচেল চাউবা,—অথাঙ কনবা, মীগী মতেং পাংবদা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা য়াজা লাক্কই।

মচাওইরিবৈগী পুন্সিদু মমায়বগী মতেং পাংদুনা অহিং-হুংখিলদা মশাগী থবক কয়াবু থাদোক্‌না মতেং পাংলকই। মমায়বশিংগী সু'ঙাইমবগীদমক্তা থমবদা মশাগী অপাম্বা কয়াবু কোংদোক্লবা মাঙহনখিবা কে'য়াইনি। নিরঞ্জনবু লোয়োগা শকথঙহনখিবদি নীলকমলগী মতেংনদি। মচল সুপী অমদি মজমহলবু মহাক্কী ফুংশিইবৈবগী লমন ওইনা মশা মথত্তনা মহাক্কী থম্মোয়গী চেক্লা লৈথাকপৈবু য়থমহনদ কংখিবদি। হৌখিবা পুন্সিদি মপুক

কানা মাগী উপকার তৌবা ওমতৌরে। অদুবু অবেম্মা পুক্নি অসিদি মমল য়াওদনা লায়য়েংবা কংথ্রিবা কাওবা অনাববু যথোঙ পানম্না সেবা তৌবা, সুপীশিংবু ইমাগুম্না থংবা ওবা, য়েরুমবু মরুপকুম্না সু শিবা, থয়াইদগী হেন্না পূন্নমকপ্ন নীংবা, চাবা থংদবা মীবু মবুক থলহন্দুনা পেলহনবা ওব', অতোন অতাবু ইচাগুম্না থনবা ওম্বা অমম্বুং অহানবদা ইখুং কক্‌না নিরঞ্জনবু অরাবা কোকহনবা ওম্বা আশা অসি পীবিয়ুকো হে কৃষ্ণ, হে দয়াময় হায়ন হয়া হয় মপুক্লিংদা ঈশ্বরবু খুরুমজরি। মীওইনা পোক্লগা চাগদবসু চাদ, য়েংগদবসু য়েংদ, চৎকদবসু চৎত, তৌগদবা থবকসু তৌদ, তাংগদবসু তাংদ, খুমগদবসু খুমদ, লৌগদসু লৌদ, পীগদবসু পীদ লৈবদি সংসারদা ওসি কাওবা উত্র। থাজৈশেংবা অশাবা Robert কাওবা মীনা তাঙ শকহন্দুনা শীজিন্নরি। মীওইবদি অনাম্বনা কজবা পামই, অনৌবা য়েংনিংই, অহাওবা চানিংই, ঐগী ওইনিংই,। মীঙোন্দা পীথোক্লিংদে, কন্নকল্লি, কংচিন্নক্তে,। অদুবু অচৌবা পুকচেল চেনবা মীশিংদি হয়বা য়াথল থংদে।

তাবিয় পাঠকশা। ঐখোয়গী নীলকমলসে, পুখ্রি পাৎ চুরেম্না ঈশিং কংথ্রবসু ঈনৌ লাকথিনি হায়বগী আশানা লৈমায়দসু মগুমনা হিংবা ওমই, লৈপাক লৈজুম, লৈখোম লৈনাংশিংবা মচাগী লৈকম পীবসু, মনাদা মতোমতনা মচাবু হিংহনবা ওমই, মনমনা লৈকাই পমলামবা ওমত্রবসু মীয়েং মইবদি থলহনবা য়াই। ঐখোয়গী নীলকমলসে মীনদি থগুবিদবা য়াই। অদুবু শক্তা-পুদা, য়াতাঙ-শতাঙ, কুলৈ-কুচু, য়াং চাউবা, বুদ্ধিলৌশিং, মপাজল-মথৌনা, লমচৎ-ব্যবহার কন্নিমতা য়াক্তে। অতাং

ওইরিবৈদগী হোৎনা ওসি ফাওবা মীগী মাতনবা শক্না মখৈ অমফাও তৌজঁত্র হায়বা য়াই। লৈকোক লৈকাইশিংগী ছাত্র ছাত্রীবু নোংকাদোকপ্প মানা খঙজয়বদি অফ ভাকপী, ইংলিস ভপী, হিন্দি খঙহল্লি, অমস্রুং মৈতৈলোন্নচিংবা য্যাখা তৌরি।

মীগী পারীক্ষা পাস তৌবগী ফল তারগা মহাক্না ফুংঙাইবৈ, মমা মপা, মচা-মশু কায়নবগী পাউ তারগা মহাক্না মুংনাংঙি। মমায়বশিংনা যৌবনগী লীলাদা প্রেমিক প্রেমিকাগী এক্টর এক্ট্রেস লৌহুনা, ফুংশি মুংঙোলগী য়ারী কয়া শানহুনা হয়াও মীনোক ভস্নগা মহাক্না শরুক চাম্না হেন্না মুংঙাইবৈ। ইমুং-মমুংগী খবক ইনথাং নোম্বদা অহল লমনশিংনা ফুঙ্গাদা, নহারোলশিংনা Club তা (ক্লবতা) বাবুশিংনা হোটেলদা য়ারী শাহুনা মতম লেন্নরিবনি, মীগী অনিংবা, অপাম্বা কয়া থিংদে, ফগদবা ওইরবদি থোইনহুম থৌনা পীখৎলি। মরূপ মপাংগী, লৈকোক লৈকাইগী দেব-কর্ম, নুহোং-থোঙদোংবা, সোয়াত যজ্ঞ থাবল চোংবা, যাত্রা য়ালি তৌবদা ফক য়ায়বা, ম্যাগুব থনবা, থাংবৈ চুখৎপা, মাইক য়ায়বা. বেল কৌবা, লীলা বার্ত্তণ তৌবা, সিমা কৈ, সিবা কণ্ডে থনবা, মুংঙাই ফুংঙাইতে, নোকই-নোক্তে, অহলগী লীলানি, অচাংগী কুইম্নেনি থিজিনবদা থোইদোক হেন্দোক্না হৈ-শিংই। থোই-দোক হেন্দোকপ্প অহল লমমা, হায়বদা হুইগুম্না ইরি।

ওসাই মখৈ নীলকমলনা কমহুনা য়াখল তৌহুনা লৈরিবসি কা মহুংদগী অহল ওইরবা নর্স অছুনা মুয়া মুয়া থোঙনাওদা য়েং-লগা Poison য়াওবা লিক্লি অমদগী হু খয়া লৌথোক্‌না চেকেং অমদা থয়া য়োমশিন্নি। মথুৎ থক থক নিকুনা লৌখৎলগা ফুমশেল চনবা থোঙনাও অহু খঙহাং হাংদোক্লগা মতনা শীন্দুনা

লাইরিক য়াম্না পায়রে হায়নবা খাউ থম্না থম্না পুন্থনা চৎপা পরীক্ষা মনাক্তা অহিং লাইরিক ওয়াইমিন্নরিবনি হায়দুনা ইমায়বশিংবু হৌরগা, অহিংদা মীশী চু হুরান্দুনা চাবা, নোবাপ হেকপা, চাক চানবা মথং-মথং নীংশিংলকই। পরীক্ষা তম্নবগী কল তাবদা মখোয়না হয়াওহনা চাক চানবা, সিনেমা য়েংমিন্নবা কাউদ্রি। Long Pane শেৎপা হৌরকপদা দুপী কোয়রিংবনি হায়দুনা মীশী থোঙালদা মেলৈ-লাংঙুবা, ছাত্রীশিংগী মতুং ইল্লুবা, নোংকাদোক লৈশাবীশিংনা হয়াউ-হয়াউ হেক থুমলকপদা য়ায়বনি হায়দুনা কয়া মুংঙাইখিবা, লৈপুং ফম্বদা, লৈশাবীশিংগী বায়া শাহনা, মাদি বাৈনা কৌবনি, মেম্না হায়বনি, শান্তি কৌবনি, মশক থী, কজে, লাইরিক হৈ, হৈন্তে হায়দুনা য়েৎনরগা মুংঙাইজরম্বনি। "অদুবু হৌজিক্কি কদায়" হায়বা মখোল থোক্না হেক লাউথোরকই। মতম অদুদা Lady Nurse কা অদুদা মরু লুকথদুনা চঙলকই। মহাক্না খঙলাউ লাউরুবা অদুদা মথুক্তা পায়রিবা Diary অদুদগী কবিগুম্বা অমা "পোপ" হায়দুনা লৈমায়দা তাখিবগুম তৌই Lady Nurse মপি শিন্থদুনা য়েংই। মথাদা "সারোজিনীগা শিরগ্গয়গা, মহাকা (ণীপ) লৈথাকলৈগা মথুৎ-শম্না-শম্নবা, নোকনেৎ-নোকনেৎ, মোমোন-মোমোন তৌদুনা মমখিবা ফোটো অসি তাহনা লৈবা অদু নীলকমলনা কবিগুম্বা অমা কোয়না মাদুনা খিক্নরগা Diary অদুবু কাক ফাক্তুনা কবিমো অমা থীবা লাক্নরি। কামিনী তপ্না তপ্না ফোটো অদু লৌথৎলগা থুনা য়েংলগা "ইমাগী

ইবেম্মা! ঐচা অনিমক তমম্বা, হুংশি মকা য়েৌঙ-দনা, অপাম্বা নাক্তা চত্তবদা মাঙলবোই, ইমাগী পুন্সীগী হায়না কা অচু লেপ্লাক লেপ্লাক্লদুনা হিক হিক কপথোক্লে। নীলকমল হৌগৎ-লক্তুনা মখুংনা মা-মাতুনা "Lady Nurse, Lady Nurse, Where is my pistures, Give me, Give me, হায়দুনা চুমোই চাম্মোই অমুক কক্লাংদা য়েশিন, অমুক কাংথোপদা তুশিন থোক্লুনা লৈরে। থামোইনীনা তপ্পা তপ্পা মখুং পায়দুনা হৌগৎ-পিরগা কম্নুংদা পুশিন্দুনা কবদুগা কোটো অচু পীরে অমত্তুং চাংহৌ-নাইদনা মিৎকী পিচু শিন্দুক্লদুনা হায়রকই "ইমাগী ইবুংঙো ইমানা নত্তোন্দা লানথরেকো; ঐচা সোয়োগী যৈনা কনাথেবনা মহাকপু যাওবা তৌরে। ঐহাক সংসারদা লৈবরোই। ইমাগী মিৎ অমি অসি নত্তোন্দা পাক্লগেকো।" নীলকমলনা মথোল তনিক তনিক্লা থুক্লকই, "ইমাগী হুংঙাইবনা নচাগী হুংঙাইবনি, তৌবিগনু অহুঙবা ঐহোন্দা ... ....। "পাপ চেন্নবগী ইমিৎ লেংহন্নিংজ্রে, ঐনত্ত, ঐনভা মাঙনবা শীনবনি" অসি হায়রগা Electric কী শূই অচু থাদতুনা পায়রে। মীকুপ থরগী মতুংদা লৈমায়দা হায়থক্রে। নীলকমলনা Lady Nurse Lady Nurse হ'য়না মা-মাতুনা থিবদা মথোঙনা অশিবা মশা অচু থেংনরে। থুদক অনিমক্তদা মপাক্লোমদগী নিংথমনা "মরুপ" "মরুপ" হায়না কৱিগুম্বা অমা তমনিংতুনা চেনশিন্নকই। নীলকমলনা শিংথম নত্রা। মরুপ ঐ মিৎ তাওলে, কদায়দা লৈবগে ঐ থাজ্রে মরুপ হায়দুনা হৌগৎলকই।

নিরুপমা মচম্থ মমিৎ তাঙলবা, ইমা ইপাম্থ .............
“হা।” কৱি চাপ্পবা ইমা ইপা কৱি তোরবগে নীলকমলনা পাখৎনা চংলকই। “হে 2nd। ঈশ্বর। মসিবা কৱম্বা দয়ানো” হায়ৱুনা মমায়বা করাংদা ওন্শিন্দুনা তাৱগা কপ্পা কপ্লহুনা হায়ৱকই, করম্বনু হায়ৱসিগে মরূপ। ইমা-ইপাগুম থপ্পৱবা পন্থো কেরাণী অমসি ইমা ভানুমতিগা লোয়ননা নোংমা আউট পোষ্ট ভাহনা পলেমদা লৈমিরিৱিঙেদা হাওরী থুলদা অস্থুম কোয়ক্কবদা খণ্ডহৌদনা ঐখোয় অহুম নাগা চোষ্টাইলগী লুচিংবা অমনা কারে। পুম্মুনা ঐখোয়বু শা চিংবগুম চিংহুনা পুৱগা, গুল্লবা মকম অমদা! ঐবু উ অমদা পুমশিল্লে, ইপানা মখোঙ মথুং লোইনা থোৱিনা য়েংশিল্লগা লৈবাক্তা ইমথুহুনা থমই, ইমানা মথুং চুং-বুৱৱগা মমিৎনা ঐখোয়না ঐখোয়বু য়েংহল্লি; কপ্পবা মতমদা ফুই, য়েংক্রগনা মশম পায়ডনা চিংখৎলি। অস্থুম্মা চাইহাক তোৱগা ইপাবু থাঙপাক অমনা মতুপ তরেৎ থোক্লা ইমাঙদা ইহিং হিংনা ইশ:...............। নীলকমলনা মকোক্তা মথুং অনি অহু হাপ্পগা “ইপা হাৎখ্রুবা” হায়রগা ফুক হৌগঙ্না ফগ্লাংদা মমায় গুজিন্দুনা কপ্পগা “মথাদি” হায়ৱকই। অহুদগীদি মতুম অনি য়েৎ-ওইদা পায়ৱগা ইমা ১মুং ঐডোম্না চাও হায়ৱুনা ইনশিনবা ইশ:..........ইমাদো............। “তোকলে, ইমাহু বাহৱুনা শোইদনা শিখিবা ওইৱমগনি নত্রা ?” “মাখি” বাহৱিতে মতমদা বুটনা কাওবা অহুদা..........।” “অহুদা শিৱে; অসি নত্রা ?” ইমা ইপা লৈত্রবা :দমজা শন্না ওইৱবা ঐসিবো। মরূপ

মথাদি নত্তমী দশা.................। মচিন মেল্লগা কমদোৌগ্রে অত্তুদগীদি হায়বা তপ্পা তপ্পা হংলকই। "মরূপ ঐবুনা ইথুং অনি অশি ইমিৎনা উনা উনা ককথৎলগা কংবা শিহনগনি হায়দুনা উদা ক্রক, ক্রক পুনশিন্দুনা থমই। অতৎপা লৈতনা ঈমা মকা লাম্মা লাম্না চেম্থরিবা, ইপাগী মশানা মত্তুপ মত্তুপ তাবা ইমাবুনা বুটপা কাওদুনা হাংখিবা ইশ.:.......। অসি হায়রগা মথা তাখিত্রে, ছুম্থিম্না লৈত্রে, মমিৎ উইশিনগ্রে। ওহাক পুমচিক চিক্নুনা লৈক্লুরবা মত্তুংদা তপ্প্রি, তপ্প্রি মমিৎ পাওথোরকতুনা হায়রকই, মরূপ। হৌজিক মীহাৎপা অত্তু কাহুনা পুরক্লে।

---

# অরোইবা উইস্র

মকোক কক্নুনা, থাওনা থিন্দুনা, মপোৎ মচৈ মুন্দুনা, মন্থম মৈ থাদুনা, মরৈবাক মুনদুনা, নিংথৌ কয়ানা, মন্ত্রি কয়ানা, থৌনা ফবশিংনা য়েক্লববু থুহ্ম চনদুনা, শুপী কাদা য়েংলবা, ইংখোল কাবু মুমবা,: ইপা-ইমা ওৎলম্ফশিংবু লমন শিংনরি। অদুবু থম্মোয়না, থৌজালনা. মথোও নোইদুনা, য়েক্লববু মায়থীবা পী-দুনা লমন শিংবদি য়াত্রা ? ইকোয় কোয়শিন্দুনা, লম্প্যাক অমদা মীনা ক্রিক ক্রিক ইর ইরনা খোয়রাওবা কনাওবা অমবু ওাইরি। ময়ায়দা থুরাই মতেক মতেক থামবা, মনা শেগাইরবা দুপ্রা

অথা লৈ। মরক মমকা মরামগী মরকা "হাৎলো" "হাৎলো" "তাইক্লমহু" "তাইক্লরহু" হায়না লাউরকপহু মাউক্লকই। মহাক লৈরগা "চাক্লে" "চাক্লে" হায়দুনা মতাম অদু মা মা লাউমরকই। তাঙ্গা অসিদা মমিৎ তাওলবা মুপা অমনা থাউ অমা যাম্নগা, মথুং মাওদবা মুপা অমগা মীরক থাগরদুনা চত্তলকই। অম্প্যাক অদুগী মমাম য়েৌরবদা মমিৎ তাওবা মুপা অদুনা লাউরকই, "তাবিয়ু মমাং পূম্নমক, ইপা হাৎখিবগী লংম, ইমা হাৎখিবগী মতকশম, মরুপকী অমাবা ওইহনবগী লমন এনা শিংজগে মযাম মারোৌবিগদু"। "কৈ" "কৈ" অদুনা মতিক চাবনি হায়দুনা মযাম্না পুমনিন নিম্না হেক লাউমরকই। "অদু ওইরবদি মযাম্না মীহাৎপা অদু মথুৎতা শিন্নবিয়ো" হায়রগা কোইমা মাদুনা থিরকই। তাঙ্গা অসিদা সিকাই অমা চত্তশিল্লক্তুনা মতেৌন্দা মীহাৎপা অদু শিদৈ। মযাম্না চানবিরবদি অমুক মানবদা তুপকদবা থাও অমতা শীনবীয় হায়দুনা মিৎতাওবা অদুনা নিরক্লে। মাগী অবীংবা অদু থুংহন্নসি হায়দুনা মযাম্না মতোন্দা থৌরবা-থাওপাক অমা মথুৎ য়েক্তা শিন্নবিরে। মিৎতাওবা অদুনা মথুৎ য়েৎ অদুনা থাওপাক অদু পায়রগা, ওইনা মীহাৎপা অদু পাইদুনা হায়রকই, "মহাশয় এগী ইমিং নীলকমল কোই, মহাক্না হাৎখিবা Police Inspector ১দি মাগী তুপী অদু এগী ইমা ইপানি। মদুগী লমন এনা তসি শিংগদবনি।

অসি হায়রগা 'হে মহাশয়! মথোও পায়দুনা থুরুমজগে ইপাগী লমন শিংবা ওইজগে লামহোবা অদু থোকহনবিয়ো,

মেনখোকপিয় । অমি হায়য়য়গা পাখোমদগী চেমথয়কপা ঐ পহু বালচুমগা, মখোওমা দখী খিমগা মপুৎমা মামছুমা ভাঃ গী শঙ অমা খোকষে।

মাইখীয়ে মায়খীয়ে ওদি মায়খীয়ে
চুমেলগী ঊচেল, লোমমা চেমে,
ঊপালগী ঊহৈ, ঊখাদা মপলে,
পৃথি মাতা মমিং ঊইশিনষে।
"ধভাং অদিদা কলম পুমজিঙ্করে".

---

লোহিজমা

